# চীংশাং নাপোম্না কপ্লি

( [illegible] )

রঘু লৈশাংথেম



এম এস পব্লিকেসন,
ইম্ফাল - ২০০৭

# Cheengshang Napomna Kapli

*a collection of Manipuri Poems By :*

Raghu Laishangthem
*Thangmeiband Maisnam Leikai, D.M. College Gate.*

*Published by M.S. Publication.*




অহানবা ফোঙবা ঃ ২০০৭

নমফম ঃ গোপুজর প্রেস, পাওনা বাজার, ইম্ফাল
মখুমগী লাই ঃ লৈশাংথেম ঈশ্বরচন্দ্র, থাংমৈবন্দ
মমল ঃ লুপা ১১[illegible]

লাইরিক ফংফম ঃ
মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, পাওনা বাজার, ইম্ফাল
নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি, কৈশামপাৎ মধুভবন, ইম্ফাল
রাজেস বুক ষ্টোর, গভর্নর রোড ইম্ফাল
অমদি
অইবগী য়ুম।

**চীংশাং নাপোম্না কপ্নি**

লাইরিকসিবু ফোঙবীরিবা এম এস পাব্লিকেসন, মমিং থোন্নবা হায়বীরকপা অমদি প্রুপ য়েংশিনবিখিবা ঐগী ইনাও ডাঃ নাওরেম বিদ্যাসাগর, মখুম য়েকপীরকপা ঐগী ইনাও লৈশাংথেম ঈশ্বরচন্দ্র অমদি লাইরিক অসিবু নম্বীরিবা পোপুলর ওফসেট প্রেসকী ইচীন ইনাওশিং, শর্মিলাগী ফোটো পীবীরকপা ফোটো কর্টসী ঃ পোক্রফম অমদি ফাইনেল প্রুপ য়েংশিনবিখিবা ঐগী মরূপ ইবোসনা য়াম্নেম পূম্নমক্কী মফমদা ইকায়খুম্নবা উৎচরি। লোয়ননা লাইরিক অসি অপাবশিংগী খূত্তা শিন্নজরি।

*অইবা*

# য়াওরিবশিং

MANIPUR



শর্মিলা
অমসুং মালেমগী ওৎপি-নৈবীরবশিং
চাকথুং-ফিথুংদ্রবা অঙাংশিংদা।

নথোয়গীদমক

# মীকপ থোক্লিবা মঙ

মঙ মচা অমগী মতম্বাক্তা
য়েন্নিংথাগী তনৌ-তনৌবা ঊনাশিংগী মমিবু
থৌরি হাইবী শান্নরিঙৈ
লিরী-লিরী মালংবনা;

পাইবা ঙমদ্রিবা উচেক মচাশিংগী
অপীকপা মচীনশিং
কাখৎতুনা খোঙলি মহুম্মুংদা
চ্রেক ... চ্রেক ... ।

মঙালনা ঈরোইদুনা শান্নরি
অয়ূক্কী অতিয়াদা।
পোল্লিবী লৈশিংনা অশংবা লৈনারক্তা
ঙাইরি শাৎকাইগদবগী।

উচেক মচাশিং
মেঙলবা মঙালগী অতিয়াবু য়েংদুনা
চ্রেক ... চ্রেক ...।
মীৎকপ থোক্লিবা মঙ অসে
মঙলি অসুম
শাংথ-লেঙথরদুনা।

## অমম্বগী মমি

মমাদুনা করম্মা মচাদুবু খোল্লাং ইল্লিগবা মীওং-মীনৈ
মরকসিদা। করিগীনো নোংঙাল্লমদাইসিদনা অসুম-অসুম
মমশিল্লক্লিবা। উচেকশিংনা কদায়দা পাইখ্রবা
ইচিক-চিক্লিবসিবু ঐগী থম্মোয়।

তোর্বান্দু নীংখায়বদা য়াওখ্রব্রা থৌদোকশিংদু ?

ঙসিসু ইরি
অনৌ-অনৌবা ইতিহাস কয়া ঈখেংলক্তা।

ঐনা খল্লিঙৈ
করম্বা মতমনো অমম্বা মরকসিদা
উইথখ্রে ইমীং অনীদি
অকিবনা অমম্বগী মমিসিদা।

মতমসিদা ।
পোদোন মৈরাসিনা খুনগী কৈথেল মচাসিদা
কনাগী লোইনাইদ্রবা ব্লারী লীরিবা। ঙসিদি
লৈত্রক চংলবা লৌবুকশিংদু ব্লা অমতা ঙাঙদনা
শন্দোরক্লি
অমম্বা মমিগী মমিঙাক।

MANIPUR

## মঙাল অমসুং বোম

ঐনা লেপ্লিবসি
ভগবান বুদ্ধগী মমাঙদনি
ফি অমতা থোঙদনা ইমীৎ অনী চেজেং উইশিন্দুনা লৈরিবা।

ঐনা হায়জৈ -
ভগবান মঙালদু পীনবীয়ু।

খুমদে ভগবান বুদ্ধদেব।

ঐনা হন্না-হন্না হায়জৈ -
ভগবান ঐ শান্তি পাম্মী।

অদুফাও খুমদে।
অমুকসু ঐনা হায়জৈ -
ভগবান করিগীনো পাউখুম অমতা পীবীদ্রিবা ?

অঙকপনি !

ভগবান বুদ্ধদি
পোকখায়রকই শাউনা দ্রং-দ্রং
বোম অমা ওইনা।

মতমসিদা উরকই
ভগবান বুদ্ধ ঃ
চাইথোরকপদা মায়কৈ খঙদনা
ইশাগী তোংশা মচেং-মচেং
শরূ-শয়াং কোক শম মীৎ পুমচাই-চাইরবদা মঙালদুদা।

## মৈরী অমসুং অঙাং

অমম্বা।
য়াম্থুরকই উরীশিং থরাক-থরাক।

অঙাংশিংদি শান্নরি
থৌরি হাইবীদুম নুংঙাইরবা মতমগী মশান্নদু
অমম্বা অমসুং অঙাংশিং।

উরি ঐদি তোর্ব্বানসিদা
মৈরী অমা।
অঙাংশিংদু চাক্লি
মৈরীসিনা মোংফমসিদা।

অঙাংশিংনা
উবা পামজখিবদি
মৈরিসিগী মঙালনি।

খঙে,
করম্না চাকখিবা অঙাংশিংবু মৈরীসিনা।

হৌজিক্তি অমতা ওইখ্রব্রা
মৈরী অমসুং অঙাংশিং?

MA

# ইশাগী খূৎ

ঐনা অসুম-অসুম চাউরক্লগা
অসুম অসুম শাংদোরকখি
ইশাগী খূৎ।

ঐগী খূৎ উপাল অমগী উশানি।

ঐ ইশানা খনজখি ঃ
উশাশিংদা ওইহনগনি কাইদোংফম,
উচেক মচাশিং শাহনগনি মহুম,
অদুগা শকমিন্নগনি নুংশিনা
য়াকাইরোল।

তোংলৈ উচেকশিং।

মতমসিদা ঐ
চৎখি সহরগী লম্বীশিং। ইশামক
ওল্লকখি মতমগী সভ্যতাগী মী অমা।

নোংমা।
ঐগী উশাদা তোংলিবা উচেকশিং
চাথোক্লে হাৎ-হাৎতুনা
ঐ করিসু খল্লক্লে
হৌজিক্তি লৈরক্লে মীনুংশি অমতা থম্মোয়দা

ঐ শাদানবা ওল্লকখি।

ঙসিদি

ঐ কাউখ্রে

উচেক অমসুং উশাশিংগী ৱারী।

নোংমা

উরকখি ইশাগী খূৎতু

ঈনা পূমতৈ-তৈদুনা লৈরম্বা

খঙহৌদ্রে করম্না ঈ অসি তৈরম্লিবা ?

ইশাগী খূৎ

ওম্থোকখ্রে হৌজিক্তি অকংবা উশা অমা

MA

# ঐ ইবা ঙম্নরোই মহাকাব্যসি

লানফম।

কেল্লক্লি উচেকশিংগী মতৃশিং
মনীংতম্না পাইরিঙে।
করি মতৌনো তাদুনা লৈরিবা উচেক মচাশিং
অকেনবা উনাগী মথকসিদা !

শিংলি হৌজিকসু
নোংলৈ নুংশিংতি থক-খা।

ঙসিদি ঐ
ইবা ঙম্নরোই মহাকাব্যসি
অমম্বা মমিসিদা।

করম্না ইবা ঙমগনি ?
চীংমায় খুদিং ফিথোংদ্রবা উপালশিংদা
হক্তুনা লৈরিবা নোংমৈ মখূলশিংদগী চেম্থরক্লিবা
ঈ তৈরবা ব্রাহৈশিংনা
ব্রাহং কয়াগী পীরক্লবা পাউখুম।

ঐগী অকেনবা উনাগী খুঙ্গং।

হৌজিক্তি তোংলরেদো
নোংমৈ চীংদোলশিংদা কুরাকশিংদু
মাঙ-তাক্লবা লৈকোলসিদা
পোমলক্তুবদা লৈ অমতা।

# অমম্বগী মচু

অতিয়াসিনা
অসুম-অসুম নেমথরক্কবা
অসুম-অসুম নম্থরক্কবা ঐগী কোকথক্তা ঐগী যুমথক্তা।

ঐদি কুইরে উরকপা
থবান্মিচাকশিংনা তুমিন-তুমিন লৈবা।

ঐনা হৌজিক লৈরিবসিদি
লানফমসিগী ময়ায়দনি ও ! উপায় লৈত্রবা
ঐ
অমসুং
পূন্সি।

অসুম-অসুম কুমথখ্রিবা
নারক্কী কোম মনুংসিদনি।
ঐগী খোঙচৎসি থাক-থাক
ঐ খঙহৌদ্রে লৈরিবসি অমম্বা মরক্তনি।

ঙসিসু অতিয়াসিনা
অসুম-অসুম নেমথরকপদা
ঐনা চঙখ্রি আঃ কোম মনুঙদা।
হৌজিক্তি ঐ উরকই
অমম্বগী অমম্বা মচু।

# নোংমৈ মখূল ঃ ঐগী ফজরবা মীহুৎথোঙ অমা

ঐগী খাংপোকশঙ
পান্দে মীহুৎথোঙ অমতা
কিজবনা লোনশিন্দুনা থম্মী থোঙ পূস্না।

কাপ্লকখি নোংমৈদু
ঐগী পীক্লবা খাংপোকশঙগী ফক্লাংদা।
পাল্লিবা নোংমৈ মখূন্দুদা
ঐনা হেক হেক য়েংজে
মীহুৎথোঙ অমগুম।

উই পাক-শন্না শন্দোকখিবা ঈ তৈরবা লমদম
উই শাংলবা লম্বীসিদা খোঙ্গুলশিং,
মমাশিংগী শল্লাং চোইজাইনবা।

নোংমৈ মখুল ঃ
ঙসিদি ওইরে ঐগী ফজরবা মীহুৎথোঙ অমা।

উরি ঙসিসু
পূক্লিং হুরবা দৃশ্য কয়া ঃ
তেক-তারবা উপালশিং,
নীংখায়রবা তোর্ব্বালশিংদনা
মৈরী মুৎত্রবা মোংফম কয়া কয়া।

ঐসি কয়াদা লাইবক ফগ্রবনো
লমদমসিদা পোকচরুবদগী উজবা ফংলেদো
নোংমৈ মখূলশিংদা দৃশ্য কয়া
ঐগী ফজরবা মীহুৎথোঙসিদা।

কয়াদা ফজখ্রবা ইমীৎসিনা উরিবা
অঙাঙবা ফীরালগী মচুগা
মীশিংগী হকচাংদগী চেম্থরকপা
ঈথেংগী মচুগা অমতা ওইখ্রবা।

লান অদুদি লোইখ্রসনু
তারিবা ঈ মরীক-মরীকশিংদুনা লৈমায়থক্তা
হৌরকসনু অনৌবা হৈপাল-লৈপালশিং।

অব্রাবদি হৌজিকসু
মেনশিনবা ঙমদনা লৈবিঙে
নোংমৈ মখূলশিং
কাপ্লক্লি হন্না-হন্না নোংমৈদু
অমম্বসিদা মখোল থোক্লা।

মতমসিদা মমাশিংদি
খোল্লাং ইল্লি মচাশিংবু মফি থোংদনা।

MA

## ইচেগী শম্বুল

(মনোরমামাদা)

ইচেদু
পামজখিবনি বসন্তগী মতমদু।
ঐনা হায়খি ঃ ইচে য়েন্নিংথা লাক্নে।
ইচেগী চেঙই মনম কোক্লিবা শম্বুলদু
বসন্তগী লমহেনবা মালংবনা থোক্লবা হোৎনজখি
ইচেনা চেৎনা পূনশিনজৈ।
গুইহজরম্বনি মতম কয়া
নোংমা থোকহন্নবা
নীংজবা কনাগী মখূৎমক্লা
পূক্নিগী ঈংলবা থাবল মঙালদা।
তমথীবা অমম্বা অহীং অমদি
থোঙ থীল্লকখি হন্না-হন্না।
চিংথোকপীগ্রে ইচেদু নোংলৈ নুংশিৎনা
অকেনবা উনাগী মথক্তা
কপখি অচীকপা অহীংদু খোঞ্জেল থোক্তনা।
নুমিৎনা তরং-তরং থোরকপদদি
ইচেগী শম্বুলদি নিংখায়রল্লে।
অমম্বা অহীংগী মখূৎমক্লা নৈহত্তুনা
ইফা ফারল্লে শল্লাং।
বসন্ত ঋতুদু অসুম্মা লোইখি।

ইচেদু
পামজখিবনি বসন্তগী মতমদু।
ঐনা হায়খি ঃ ইচে য়েন্নিংথা অমা'মুক লাক্নে।

# মৈগী চীং মচা মচা

মমাশিংগী শিয়োম্মুং
মীবোল্লক্লি মৈগী চীং মচা মচা
লান অমদি শোয়দ্রে
পোকখায়বকপদা মৈগী চীংশিংনা নোংমা লমদমসিদা।

ঙসিসু শান্নবি
মীশিংগী মবাইবক্তদি অমম্বনা।

কবম্মা শেমগৎলক্লিবা খঙহৌদে।
হৌজিক্তি অঙাংশিংগী মমীৎতদি
লিৎথোবক্লি ঙাশঙ-ঙাঙলবা
নুমিৎকী মঙাল।

অকিবা অমদি
অশংবা উশাশিংগুম
শব্দগী খৃৎশিং
অসুম-অসুম শাংদোবকই।

মীশিংগী মবক্তা কিববা মূর্তিদু
চবাম-চদৎনববা সহবসিদা।

হৌজিকসু লৈবি
মীশিংগী মমাঙদা
ঈ তৈববা মীতাক্লবা লম্বীদি।

MA

# অশিবা ইশামক্কী ফোটো

ইশামক
লানফমসিদগী মাঙখ্রে হায়বগী পাউ তাবগা
পুরকই অয়ূকী খবরনা ঈ তৈরবা ফোটোদু
মসি অনৌবা নোংমৈনা পানবনি হায়।
ইশামক্তি য়েংদুনা লৈরি
তুমিন মীৎ কুপ্তুনা
ঈ তৈরবা খবরদু।

মতমদুফাও ঐ
ইশানা ইশাবু শিরে খঙজদে।

নুমিৎ খুদিং মীয়াম্না
অব্বাবা পাউজেল কয়া ফোঙদোক্লরকই।
খবর খুদিং পায় পোত্থাদনা
তৌবগীদি ঐ
মীচম ওইনা পোক্লরবনিনা
অদুমক শিজবা তাবনি।
ঙসিগী নোংমৈনা কাপ্তুনা হাৎলিবদি মীচমদনি।

ইশাগী ফোটোদু ইমীৎমক্লা উরগা
ঐনা খল্লি হিংলিঙৈসিদা ঃ
ইশানা ইশাগী অশিবা ফোটো উজবসি
কয়াদা লাইবক ফখ্রবা মপোক্নো
ঐনা মীচম ওইনা পোক্লমদ্রবদি
উজবা ফওলম্লোই অশিবা ইশাগী ফোটো।

মতমসিদা

মখোয় খরনা লাউরকই ঃ

হৌজিক শিদুনা লৈরিবা থৌনা ফবা মীচমদু

লৈবাক অসিগী লালহৌবনি

মাগী লাইবক্তা

মশাগী মকোক্তা

মহাক্কী থম্মোয়দা

অনৌ-অনৌবা নোংমৈনা পানবগী দাকফমশিংদা

প্রমাণ তৌরবনি, মহাক অশেংবা লালহৌবনি।

মতমদুফাও ঐ

কনা অমতগী ৱা অমতা তাদে।

ইশাগী ঈ তৈরবা অশিবগী ফোটোদু

হৌজিকসু ঐ য়েংদুনা লৈরি।

MA

## মচু তৈরবা কেনভাস

ঐ লাই অমতা য়েকপা ঙমদ্রে
মহৌশাগী নীংথিবা ফজবা মচুশিংনা,
অদুনা ঙসিদি য়েল্লি ইশাগী ঈদা লূপ্পুনা তুরিসিনা
চাইশিল্লি কেনভাসসিদা মায়কৈ খঙদনা
মতমসিদা থোরকই
অকিবা তৃজুংবা মূর্তি কায়রবা লাই কয়া কয়া।
ঐ ঙমদে
আর্ট অমতগী পাউথুম পীবা
অয়েকপা লাইশিং
তুরিসিসু লৈরিবসিনি
হৌজিক্তি য়ুংশিন্দুনা ঈগী পাত্রদা তুমিন।
মচু তৈরবা কেনভাস
মোনখাঙনরি ঐ
অশি ফমুংসিদা মঙলান কয়াগা।
কেনভাস ঃ
ঙসিদি চাক্লক্লি মৈরী থোক্লা
খঙহৌদনা ঐগী পূন্সি।
আর্ট ওফ লিভিং।
ঙসিদি ঐ
থৌরি কোঙ্গোয় হুকচিনজদুনা
হাংতোকচরি ইথস্তা
মোর্দন আর্ট অমগী একজিবিসন্দা
চুখৎচদুনা লাইট স্টেন্দ
চোর্কোন থাউগী মৈরা অমা
অঙৌবা খুনু অমগী কোকথক্তা।

## শকখঙবীদ্রবা মোংফম

ইখূৎমক্লা
লৈ হন্না-হন্না চাইরিবসি
ইশামক্কী মোংফমদনি।

শকখঙবীদ্রবা মোংফম।

ঙসিসু চাইরি
পোখাদনা হন্না-হন্না লৈ
ইশামক্কী মোংফমদা।

কনাগুম্বনা হায় ঃ
করিগীনো শিদ্রিবা নশাগী মোংফমদা
হন্না-হন্না লৈ চাইরিবা ?
ঐনা হায়জৈ ঃ
কুইরে ঐ হিংনা হিংনা শিরকপা।

হৌজিকসু চাইরি লৈ
ইশামক্কী মোংফমদা
ইখূৎমক্লা হন্না-হন্না।

MA

# চীংশাং নাপোম্মা কপ্লি

১

চীংশাং নাপোমসে অদুঙৈ
লাইশঙগী শরিক খোঞ্জেলনা নীল্লি।
লিরী-লিরী শিৎপা মালংনা খোম্থাং য়ৈরি থম্মোয় খুদিং। উচেকশিংনা
শক্লিঙৈ অয়ূক্কী য়াকাইরোল, মহুম্মুংদনা খোংই উচেকমচাশিংনা
চ্রেক-চ্রেক,
চ্রেক-চ্রেক ... ।

অতিয়াদা থোকই নুমিৎ, থা-থরান্মিচাক ঙম্নমক তনীক-তনীক।
চীংশাংগী থেলশিংদা চেন-চোংদুনা শান্নরি অঙাংশিং। পাৎপানগী
কোকতোন্দা উয়োক শঙ্গু শঙ্গুনা পাইরি লৈচিনগুম। বসন্তগী উশা
খুদিংদা খোঙ্গুলমৈলৌশিংনা মোমোন নোক্লি। আঃ পূন্নুম্নবী কোম্বীরৈ !

সনারৈগী লৈকোন্দা মেরাগী থাউমৈ চিংখৎলি শানৌশিংনা য়ূমথোঙ
খুদিং। নুমিদাংব্রাই উচেক শঙ্গু-শঙ্গুনা উতোনশিংগী মহুম্মুংদা
পাইশিল্লকপা মতম, অতিয়াগী মথানুংদা
থাবলনা ঈপোম হৌরবা মেঙলবা মঙাল, আঃ অপীক-অপীকপা
মৈঙালশিংনা তনীক-তনীক ঙাল্লি। য়ূমথোঙ খুদিং মেরা ব্রা।
কয়াদা ফজখ্রবা ! কয়াদা নুংঙাইরবা ! চীংশাং নাপোমসিগী
পূক্লিং-ব্রাখল।

মালংনা নাউশুম হাইরি। অশংবা উনাশিংনা জগোয় শাই। চীংমায়
খুদিং খোম্থাং য়ৈরি গীর্জাগী ঈশৈনা। লীরি ব্রারী কয়া শানৌশিংগী
শল্লাংশিং। চীংদোলশিংগী লাইবক্তা অঙৌবা লৈচিলশিং
কোইপাই-পাই। কুমগী নোংলীক্লা চেল্লি ঈপাক তম্মা তুরেলশিংগী
চাংজৌদা।

ফৌনানা লৈনা জগোয় শাই।
সনা ফৌনা মরু লুক্ককই।

২

চীংশাং নাপোম !
নুংশিত্থবা ঈশৈশিংগী সুর তপ্ন-তপ্না মাঙলকই। নুংশিৎ শিংতনা
উনা লেঙদনা ফজবা লৈকোন-লৈরাংশিং কেনখি মথং-মথং।
হুমখিদ্রে লীরি-লীরি মালংনা। পীক্লবা পাংশিং ঈথক
হৌরক্তে। য়াকয়ে হি হোন্দে। অয়ূক য়েন্দা অঙনবা লৌমীশিংগী
'অর-তি-তি' নুংশিবা খোঞ্জেল মরোল থোক্লক্তে।

খোংদে চরোই 'তে-তু',
চেন্দে ক্রাক্কী লানবাউ,
খোংদে নোংঙাল্লমদাই য়েনবা লাবা,
আঃ নুংশি-নুংশিবা খোঞ্জেলশিং মাঙখ্রবা !
তেঞ্জেশিংগী মমাঙদা
করম্না শক্তনি নুংঙাইরবা য়াকাইরোল
উচেকশিংনা মহৌশাগুম ?

মিপাইরদুনা তুমিন-তুমিন থূপ্লি উপাল-য়াপালশিংগী মরুমদা।
ইতিহাস কয়া মোংফম ওইরক্লে। তুরেল কয়াগী ঈচেল নাথেখ্রে।
চীংমায় কয়া মরু কোক্লে। উপাল-য়াপালশিং লৈমায়থক্তা
তুথরকই। উশা খুদিং উনা পাল্লক্তে
খতুগী খোঙচৎ কায়রকই।
নোং চুরক্তে কংলবা লৌবূকশিংদা।
মাঙখ্রে পোইনু লৈচিন।
খীকলক্তে য়াকচীংগী নোংলীক।

লাক্লরোইদ্রা য়েন্নিংথা, অমুক হন্না চীংশাং নাপোমসিদা ?

৩

লৈম্মে চাক্লকই চীংমায়শিং,
চীংদোনশিং।
লাম-লামদুনা মথং-মথং।
অসুম-অসুম হেনগৎলকই লৈম্মেগী মৈশা।
য়েরকই মৈশানা
খাংপোকশঙগী মনুংদা।

৪

নোংলৈ নুংশিৎনা
থক-খা তুনা হুন্নকই।
খাংপোকশঙশিং হুমদোরকই। নোংলীক ফাওজিল্লকই খাংপোকশঙগী
মথা'নুং। কপ্পকই যৌগংলবা নবাশিং। খোঙলকই লাক্লা-লাক্লা
উচেকশিং উপালশিংনা তেকত্রবদা।

কুম কাংলে।
ঈকং থোক্লে।
লৌমী পূন্বা মকোক্তা মখূৎ হাপ্লে।
হা-হাকার লাউরে।
শিথ-শিথ খোঙলে তাউবা হূই
খাংপোকশঙগী ফক্লাংদা ঙা-ঙাদুনা।

অবাবা কয়াগী ঈচেল ওইরকই
চীংশাং নাপোমসিদা।

৫

মাঙখি ঈচেল মচাগী খোঞ্জেল।

সমুদ্রগী য়াক্লবা ঈরাউখোলনা নমহৎখি।

ঙসিদি ঈচেল মচাসি শকখঙবীদ্রে কনানসু।

চেল্লে অনৈবা ঈশিং। ঈচেল মচাগী চাংজৌসু নোংম-নোংমগী

ফুমজিল্লকই। তারক্লে নোংলীক অমত্তসু।

৬

নোংমৈ মখোল তারি

ইখং-ইখং খংনা।

মৈগী চীং পোকখায়রকখি।

ৱা-ৱা ...

লাউনরকই চীংশাং নাপোম।

আঃ কনা-কনাগী হকচাংশিংনো

ৱাগী কায়দা

ফিঙৌনা কৃপ্তুনা পুনরক্লিবা ?

কদায়দনো শেৎতুনা পুখ্রিবা

মমাশিংগী মথাদগী মচাশিং ?

মোংফম কয়ানা ক্লুনজিলক্লি তোৰ্ব্বানগী লৈকুৎ-লৈরাইশিং।

উচেক-ৱায়াশিং কাপ-কাপ্তুনা হাৎখি। শাশিংনা চোইজাইনরবী

তুরেলগী লূববা লাইজবু হন্ন-হন্না থকখি। ঈ তিনশিনখি।

হাংদোকখি ফীজি-ফীনাশিং ইতিহাসকী চেনা ওইনা।

লান অসি করিগী হৌরক্লিবা ?

শকখঙবীদ্রবা লানফমসিনা ঈখেং তৌরিবা ?

কিস্থরবা অতিয়াদা

থোরকই ঐখোয়গী অমম্বা নুমিৎ।

MA

৭

শাগৎলক্লি লেপ্তুনা
ইংখোলগী মচী-মচীদা
নীংশিং ফুরা কয়া
মমাশিংগী শি মরীক-মরীক থীক্লদুনা।

ঙসিদি ওইখ্রে লাইশঙ।

থারি থুপ-থাউমৈ,
কৎলি লৈ চবূন-চবূন।

ঙসিদি ব্রা অমত্তা ঙাঙজবা ঙমদনা তুমীন-তুমীন লৈরি
খাংপোকশঙশিং মমীৎ চেজেৎ উইশিন্দুনা উফূল-ব্রাইফূল মরক্তা।

৮

নোংমৈদু কাপ্পীনু,
কাপ্পীগনু !

হৌরিবা উপাল-ব্রাপালশিং লাঞ্জদবনি। হৌজরকখিবনি কুইরবা
ইতিহাসকী লৈমায়দা। উপাল-ব্রাপালশিং মনীং তম্না মশাগী
খোঙফম চেৎনা লেপ্লদুনা মরা তানা লৈনুংদা।

কাপ্পীগনু নোংমৈদু !
অচীকপা চীংশাং নাপোমসিদা
খোংজরিবনি তৌদ্রিবাঁশী ষণশেন্নহাশিংদু।

ওল্লক্লবনি ঙসিদি
তৌদ্রি বাঁশীনা নোংমৈ।
মখোয় চমজরবী খুঞ্জাশিংনা পোক্লকখিবনি অশাউবা, পেন্দবগী
শিয়োম্নুংদগী। চঙশিনখ্রি ঙসিসু তৌদ্রি বাঁশী খোংলম্বা

ষণশেন্নহাশিংদু নারক মোংশোংদা। কুইরে উনদবসু মখোয়দু
চাউবা শারেপ ফারন্নগনি। মখোয়দু হৌজিকফাওবা নেম্মথম্রিবজাংলা
অশাউবগী মৈরী ?

ঙসিসু তারি নুমিৎ খুদিং
য়াকাইরোল ওইনা
তৌদ্রি বাঁশীনা ওল্লকপা নোংমৈ খোঞ্জেল।

তৌদ্রি বাঁশী
অমসুং
নোংমৈ ?

সুরসিদনি
অকি-তুজুংবগী খোল্লাউ থোরক্লিবা।

কুইরেদা
চীংশাং নাপোমসিনা হীক্লা-হীক্লা কপ্লক্লিবা
মচাশিংনা চৎখিবা মায়কৈদা য়েংদুনা ! হায়য়ুনে
ইতিহাস অসিবু কয়াম কুইনা পাখিনি পোখাদনা
বোম অমদি নোংমৈগী মঙালদা ?

MA

## লোক্তাক অমসুং ঐ

নোংমা।
ঐ অমসুং ইচাশিং
য়েংলুই লোক্তাক ঐগী লোক্তাক
ঐদি কবি চাউবগী শৈরেং পারি

লোক্তাক পাংপান্দা
ঐগী অশীকপা শেন্দ্রা চীংথক্তা।

ঐগী ইচাদি
পেন্সিল পায়দুনা
য়েক্লকই মখূৎ মচানা
লোক্তাক।
ইচাগী অয়েকপা লাইদা
ঈপাক অমতসু উদে
ঈথক অমতসু হৌদে।

ইচানা য়েকলকই লোক্তাক পাংপু য়েংদুনা
পংখ-পুমথরবা কোম অমা
মদুগী মথক্তা উচেক খরা পাইরি
খুঙ্গা নুপী খরসু
ঈন চিংলি মশম মনা ইফা-ফারদুনা
মখূৎতা নৌরেল পায়দুনা।

ইরম্মী ঈশৈ ময়েক খরসু
অয়েকপা লাইগী মখাদা

লোক্তাক

লৈরে ঐখোয় ইমাগুদা
অশংবা নাপীগী লম্পাক অমা।

অমুকসু য়েক্লকই
শঙাই অমা কৈবুল লমজাও
ঐগী ইচানুপী অতোনবীনা
শঙাই অমগী মঙক্তা থৌরবা থাঙশাং অমা।
ঐ তুমিন লৈ
ঐগী মীৎকী পি মরীক খবদি
তিনখি লোক্তাক ঈমায়দা।

ঐগী ইচানুপী অবেথোই
তৈথোকপীবি ঐগী মীৎকী পি মবীকশিং
তপ্লা-তপ্লা।

MA

## অশিবগী মঙ

অশিবা অমা
তাদুনা লৈরি উফুল থাঙলবা লম্বীসিদা
কুপশিনবীগ্রে হৌজিক্তি অঙৌবা অহনবা ফি অমা
হিংলিঙে মতমদদি মহাক্তু
মশাদা ফি মচেং অমা ফাওবা লৈজখিদবনি।

অশিবদু ময়াম চঙদুনা পোৎলোইরি
মহাক্তু হিংলিঙে মতমদা
কনা অমতনা চঙবিখিদবনি মনাক্তা
হন্না ফাওবা য়েংবিখিদবনি কি-তুকচদুনা।

অশিবা।
মানা থল্লম্মী মতম কয়া
করম্বা মতমদনো
চাদ-থক্তবগী অবাবা কোক্কদগে
হিংগদগে নুংঙাইনা পোত্থাদুনা।

অশিবসি
ঙসিদি মঙফাওনখ্রেদো তাইবঙ ওইনা
কয়াদা মরাইবক ফপ্তবনো
হৌজিক্তি চাদ-থক্তদবগী অরাম খৌরাংবা লৈত্রে
নুংঙাইনা পোত্থাগ্রে
মৈয়ীনা বাখৈপ্পবা মোংফমসিদা।

# ঐ অমসুং উচেক মচাশিং

ঙসিদি
পীক্লবা পোন অমগী মনুংদা
ওইহনবিরে হাংলবা ঐগী অতিয়া
পাইদুনা শান্নবি ঐনা
ইশামক
অপীকপা উচেক মচা ওইনা।

ঐগী পোন
খাজিনখিবনা থক-খা মায়কৈ মরি,
থীংজিনবীখ্রবা পোনগী থোঙসু
হৌজিক্তি ঐ
অমম্বা মঙালসিদা
পাইদুনা শান্নরি মায়কৈ খঙদনা।

মতমসিদা
ঐ অমসুং উচেক মচাশিং
পীক্লবা অতিয়া 'নুংসিদা
খিরি মাঙখ্রবা খোঙ্গুলশিং
ইতিহাসকী মল্লবা লামায় খুদিং ফাক্কুনা।

হৌজিক্তি
উচেক মচাশিংদি
পোকখায়দ্রিবা বোমগী মথক্তা তোংদুনা
শক্তি নুংঙাইনা য়াকাইরোল।

MA

## ঐ শিজরগে খনবা নুমীৎ

ঐ
শিজরগে খনবা নুমিৎ
ঙসিদি ঐ
নোংমৈ মখোলসু অমতা তাখিদ্রে
পোকখায়রকপা বোমগী মখোলসু
অমম্বা অহীং ইচিক-চিকখ্রে।
ঐ হৌজিক
য়াম্না কিজরে।

অদুঙৈদদি
নোংমৈ বোমগী মখোন্না
ঐবু ঙাক শেল্লম্বনি পূমনিন-নিন্না।

করি মতৌনো নুমিৎসি ?
নুমিদাংবায়রম।
মথন্তা অমম্বা ঈপাক্তা চোঙথজদুনা শিজরিবা।

## কবি অমগী লালহৌ

মালেমসি
কবিদি পাম্মী
যেক্লবা লৈতবা লান অমা।

কবি অমগী লান
মী খুদিংমক্কী মায়থোঙদা
মোমোন মীনোক্কী
শাৎকায়রকপা লৈশিংদুনি।

যুগ কয়াগী নিংথৌরেলশিংদি
লোইশিনখি লান
মাঙ তাক্লবা তুংদতা
মশা-মশাগী ইতিহাস অমমম থল্লম্লগা।

কবিগী লান।
ব্রাহ্মেগী লাননি।
অপীক-অপীকপা লৈকোন্দা
মচু-মচুগী কুরাকশিংনা পাইবা।

ঈখেংগী লানসি লোইদ্রবদি
চোঙলরোই য়েন্নিং অমতা
ওইখ্রগনি মরুভূমি।

কবিসিগী লালহৌদি
মঙালগী অতিয়াদা পাইবদুনি নীংতম্মা
উচেকশিং।

MA

# অমুবা লৈই

অতে শৈরেংশিং

## অমুবা লৈই

মতম।
চিংলকখি অমুবা লৈই
পৃক্লিগী ফক্লাংদা ঙসি
সাবিত্রী লীশীং লীশীংগী থোংলবা খূংনা
শিবগী নুমিৎ লেপ্লবা সত্যবানশিংগী।

## কণকনু শকুন্তলা

কণকনু শকুন্তলা
নীংশিংদুনা অমুক
মাঙগ্লবা নঙগী সনাগী খূদোপ
দুষন্তনা কাউখিবদু
শকুন্তলা নঙগীদি পাউখোঙ অমনি।

শিগ্লবনি
নঙগী নুংশি ঝারীদি
ফঙলবা নুমিৎতুদা
দুষন্তনা সনাগী খূদোপ্তু।

## লান অসিদা

লানফম।
লান অসিদা মোংফম অমগুম
অব্রাবগী মমি কয়া পোৎলোইরি
শিরক্তুনা
ঐগী ব্রাখল কয়া আশা কয়া।

## নোংথাঙ লৈমা

নোংথাঙ লৈমা,
শাগৎলু জগোয়
মৈরী থোক্লা।

ঙসিদি
নাম্থোকচনবা নশাবু থৌরি কোঙ্গোইদগী
থদৎতুনা নঙগী মহৌশাগী লৈতেং পূম্বা।
তুশোল্লবী নঙগী
হকচাংদগী।

## কৌব্রু চীংদোন

অসুম-অসুম নেমথরক্লি
ঐগী কৌব্রু চীংদোন।
ঐনা পামজখিবদি
স্বর্গ পক্লা ব্রাংবদুনি
ঐগী চীংদোন।
মফমসিদা লৈ
ঐগী শেঙলবা লাইশঙ অমা।

### ঐ য়েংবা ঙমদে

মতম।
ঐ য়েংবা ঙমদে
মতম্বাক্তী মচাদুগী মরাইবক য়েংলগা
মমাদুনা হন্না-হন্না কপখিবদু
খোঞ্জেল খোক্না।

### নঙগী মূর্ত্তি

নঙগী মূর্ত্তি
খোল্লিবীনি নুপী লানগী ফিজোল
তাক্লিবীনি ফিশিংদুনা থৌনা লৈবীনি।
থেৎচিনগনু,
কনা অমতগী লৈতেং অমতা
নঙদি সনাগী মূর্ত্তিনি।

### শর্মিলা, নঙদি লৈপাকলৈনি

শর্মিলা।
নঙদি কয়া নুংঙাইনা

নথানুংদা চেৎনা নাউকোল্লদুনা মঙালবু।
ঐ খঙই,
নঙদি লৈপাক্লৈনি।

## দাকফম

মঙালসিদা
ঐ উখি অপীকপা উচেক মচাশিংদুনা পাইখিবা।
ঐ খঙই উমং মচাসিগী উপালশিংদা
লৈরিবা দাকফম
নোংমৈ মখূল ঙাক্তনি।

## ঐগী মীংকী পি

ঙসি ঐ
ইমাগীদমক
খোঞ্জেল খোক্লা লাউবা ঙমদ্রবসু অকিবনা
ঐগী মীংকী পিদি
কনানসু থিংবা ঙমদনা
তারিবসিনি লৈমায়থকসিদা।

## জগোয়

অরাংবা সংস্কৃতিগী চীংমায়
ঈথেংনা চাইরদুনা লৈ
শারিবা জগোয় খূথেকশিং
শন্নাং চোইজাইনরবী মমাগী জগোয়।
নোংমৈগী তাল্লাদা
শক্লদুনা ঈশৈ মীকপ মীরাওখোল
মণিপুরী জগোয়ঃ
পৃথীবী শিন-থুংলবা
ঈথেং জগোয়।

MA

# শিরবা উচেক মচাশিং

তাখিদ্রিবা
মহৌশাগী য়াকাইরোলদু
শিরবা উচেক মচাশিং।
করম্না শিপ্পিবনো
য়াকাইরোল শক্লম্বা উচেক মচাশিং
মণ্ডগী মহুম্নুংসিদা মখোয়দু;
খণ্ডলকই ঐ
মণ্ডলাক্লখি হায়বা মখোয় অমম্বা মণ্ডালদা।
ঐ
অমসুং
শিববা উচেক মচাশিং।
খুনসিদদি
পাইরক্লি মনীংতম্না
লংজা শঙ্গু-শঙ্গু
শাগদৌবগী মহুমশিং
তেক-তারবা উমংসিদা।
নোংলৈ নুংশিৎ।
তাদুনা লৈ
ইচাই-চাইনা ঈ পক্লবা লৈনাশিং।
খোঙউ
কাখৎতুনা পীক্লবা নচীন মচাদু
ঐগী উচেক মচাশিং
সনা ইতিহাস তোর্ব্বান্দা
খোঙউ হন্না-হন্না
মণ্ডালগী নোংলীক কৌদুনা
কংখ্রগনি ঈচেলসি তাদ্রবদি খোঞ্জেলদু।

# নুপীমচা

নুপীমচা,
নথক্তা চৎপা ঙমগদ্রা লম্বীদু
সহরদি মীগী উমং ওইখ্রবনি

মীনা কৈ ওল্লদুনা
মীনা নোংশা ওইরদুনা
মী শা কৈ নোংশা
হৌজিক মীমানবা ঙাক্তা
ঙাইরবনি সহরদু।

নুপীমচা,
নোং অসি কন্না চুরি।
নোং-নুংশিৎসু কন্না শিৎলি।

নোংলীক্লা চোৎলব্রা নঙগী হকচাংদু
নোংলৈ-নুংশিৎনা হুমদোক্লব্রা
নঙগী শম্লাং।

শীঙ্খরিবা করিগীনো
তনৌ-তনৌরবী মীৎম্রাদগী
ফোং-ফোং শাবা পি ?

নুপীমচা,
করিগী নঙনা শীংকুপ শানা শেগায়রিবা
তনৌরবী নখূৎ মচা অনীনা
চোর্ফোন মচগী ফিদ্র।

MA

## উহৈ অমসুং নোংমৈ মরু

মহৌশা ঐখোয় খুন
চেন-চোঙদুনা শান্নরম্মী
অশীক-অশীকপা অঙাংশিং।
মতমসিদা চায়
অহাও-অহাওবা উহৈ হেক হেক্লুনা
থায়নগী উপালশিংদগী মখূৎ মচা-মচানা।

খোন্নাং অমৃত
ইনবীখি মমাশিং।

খঙহৌদে
করম্না ওইরকখিবা খৌগংলবা লমদম
ঙসিদি খুনদু চাইথোরক্লবদা শন্নাংশিং
ঐখোয় অঙাংশিংনা খুন-খুন্দুনা চারবা
উহৈগী মহুত্তা নোংমৈ মরু।

উহৈ
অমসুং
নোংমৈ মরু।

হৌজিক্তি পানদে উহৈ।
পান্নি নোংমৈ মরু অকংবা উপালশিংদা
চারি হরাওনা অঙাংশিং মবূক থন্না।
চেন-চোঙলি
ঈ তৈরবা লম্বীশিংদা।

## ঐনা ঙাইহিরি

লেঙ-লেঙ চৎলকই
আশাগী মঙলান ঐগী অপীকপা উমংদা
অশংবা তনৌ-তনৌবা উনাশিং।

কুইববনি
খুইথখিবা লৈবাংশিং
ঐগী শিংলী নাউবী পূম্বা
য়াউথাংনবা মচুশিং
শঙজিনখ্রবা ঙসিদি
নাকেন্থাগী নুংথিনসিদা।

ঐনা ঙাইহিবি
যেন্নিংথা।

অয়ূক
অনৌবা অশংবা উনাগা
ঐগী শৈবেংগী য়াহৈগা
মীংচানবা মীংকুপ্তু
অঙাঙবা গুলাপকী লৈনাদা
পক্লম্বা তনীক-তনীকপা লীক্লা

মতমসিদনি
শংবান্নববা অতিয়াগী
মুববা শন্নাংবু
ইখৃৎমক্লা পায়দুনা শান্নখিবা।
য়েন্নিংথাদি
ঙাইহিবি ঙসিসু ঐ।

MA

## আসাম
## নঙগী বিহু ঈশৈ

১

আসাম
নঙগী বিহু ঈশৈ,
নুংশিত্রবা সুর, জগোয়গী পুংখোল,
মসিদা য়াওরি নঙগী পুরারী।

২

ঙসিদি
নঙগী শুরুবা উমংশিংদা
থিনগৎলকপা উই নোংমৈ চীন্দোন।
উচেকশিংনা
নোংমৈ চীন্দোনশিংদা তোংলদুনা
শক্লিবা
য়াকাইরোল।

নঙগী পুংখোল
হেক-হেক তাই পোকথায়রকপা
বোমগী খোঞ্জেল ওইনা।

তারি
বিহু ঈশৈনা
মীকপ-মীরাওখোল ওইনা।

৩

নঙগী বরাক,

ব্রহ্মপুত্রদা

য়াকয়ে হিনাউশিংদা
ঙাফাবশিংনা পুরক্লিবা
অশিবা ঙা মপৈ-মপৈ
য়োল্লিবা কৈথেলশিংদা।

৪

চা বাগানশিং।
হুমাং মমল ফংদ্রবী
কুচু মুবী মৌ নহাশিং
বিহু জগোয় শারি
নঙগী পুংখোলগী তাম্বাদা।

মায়থোঙ পূম্বা
হুমাং লৈরিক কারদুনা
মশাগী পীবূক্নুংদা মীরোল্লি
অশিবা ঙাশিং।

# লোনশিনম্রিবা থোঙনাউ

ঐ খঙই ঃ নঙনা ঐবু থিরম্মী।

পিনা চোংলবা চীঠীসিদা কুইরবনি অসুম্না ঐ
থৌরাংনা য়েংজরক্লিবা।

করি মতৌনো অসিবু ?

পুখ্রেদো নোংমৈ নুংশিৎসিনা হুমদুনা
অকেনবা উনাগুম ঐগী বাহৈশিং।
কদায়দনো লমথুংফমদুবু ?
কনানা খঙগনি
নুমিৎতি অসুম তাশিল্লক্লি।

পানখিদ্রে ঐগী উপালদু উনা
কংখ্রে ঐগী তুরেলদু ঈচেল
ওঃ করি মতৌনোনে অসিবু ?

ইমীৎসি উইশিনখি মাঙখ্রবদা থৌনা পুম্বা
চাইথোরক্লবদা ইমিগী শল্লাংশিংদু
হৌজিক্তি নীংশিলক্লি হৌখ্রবা বাশিং
মচু শঙলবা বাখলনা
য়েংলি তাম্না।

নোংমদি উখি
চুমথাং মচুগী অতিয়াদু
অশীকপা থোঙনাউসিদা।

কৌথি ঐনা খূৎ খৎলদুনা

খূৎলাম তোয়না

উথিদ্রে নগুদি অমুক।

গুসিদি চীঠিসি পারিঙে

হৌথিবা থৌদোকশিং নীংশিংলক্লি

করিগুম্বা ইবানী অমুক উন্নরবদি

চৎলগনি নগুনা চৎসি হায়বা মফমদুদা।

ঐ খগুই ঃ নগুনা ঐবু থিরম্মী।

## মীনা শিবগী ব্লারী

(কবি য়ুম্রেম্বম ইবোমচাগী মফমদা)

মতমগী মী।
খঙজদে মখোয় ঙসি
ফি অমতা থোংদ্রে হায়বা মশাদা।

হূইগী সহর।

ফি থোংদ্রবা হূই
চংলি হাইরং-হাইরং
মকোক মমৈ শম্নরদুনা
সহরগী লম্নীদা।

মতমগী মী।
খঙজদ্রি মখোয় হিংলিব্রা
নংত্রগা শিরিব্রা
ঙসিসু লৈরি
অমুক তুম
অমুক হৌগৎ
সভ্যতাগী অশিবা ফম্মুংদা।

মতমদুফাও
সভ্যতাগী নুপা-নুপী
ফি থোংদ্রবশিংদু নুংঙাই-নুংঙাইবা
মঙ মঙলি মঙলান কয়া-কয়া
অয়ূকসু নুংথিলসু
নুমিদাংসু।

মখোয়দু

ঐনা খল্লি

তুম্বদগী অসুম হৌগৎলক্লবদি

মখোয় শোয়দনা শিরবনি

মঙলাক্লরদুনা মঙ মচা-মচা।

হৌজিক্তি মখোয়

মীকপ্তি খোল্লি,

অদুবু হৌগৎপদি ঙমগ্রি।

খঙজগ্রি মখোয় মশামক অশিবনি

তুল্লিবসি সভ্যতাগী কৃ মনুংদনি।

শিরবসু মখোয় নুংঙাইনা তুল্লি

নুংঙাই- নুংঙাইববা সভ্যতাগী মোংফমদা

অসিনি মীদুনা শিবগী ৱাবী।

## ঐ অমসুং অঙৌবা খুনু

ঐগী খূৎনা
অঙৌবা খুনু অমা পায়রি।

ঐনা শাম্লে অঙৌবা খুনুগা
ঐগী অপীকপা অতিয়াদা পাইহন্দুনা।
খঙহৌদে
কোইশিল্লকই মী খরা
মখূৎতা তেঞ্জে অমমম পায়দুনা
নম্লকই ইকোত্তা।

হংলকই ৱাহং কয়া
নঙ হিংনিংব্রা
নঙ শিনিংব্রা ?

ঐনা খুমই
ঐ হিংনিংই।

নঙ হিংনিংলবদি
অঙৌবা খুনুদু নখূৎতগী থাদোকউ।

ঐ খুমদে
তুম্মীল্লা লৈ।

হৌজিক্তি
হন্না-হন্না তেঞ্জে নম্লকই
ঐগী কোকতা
ঐগী থম্মোয়দা।
ঐনা খুমখি
ঐ হিংনিংই।
হৌজিক্তি, ঐগী হকচাংদা
পাল্লি শান্তিগী নোংমৈ মরুশিং।

# উচেক অমগী খোঙচৎ

খোঞ্জেল অমা তাই
লাক্লা-লাক্লা খোংবা।
নাপাক লাংদা থুরবা উচেক অমা
খপ্পি মশা অনী নাম্থোকচনবা লাংদুদগী
লানফমসিদা।

কেল্লক্লিবা মতুশিং ইচায়-চাইখায়রিবা
ঐগী শৈরেংগী ব্রাহৈশিংদু।
ঐ ইখি উচেক্কুগী পাংলিবা
মমীৎ মচা অনীদু উরগা
ঐগী শৈরেং।

ঐগী ব্রাহৈ খূদিং
উচেক্কুগী পুন্সি ব্রারী কয়া য়াওরি।
পাইজরম্বনি হাংলবা অতিয়াদা
মনীংতম্না উচেক্কু।

মহুম্মুংদদি খোংলি
অপীকপা উচেক মচাশিং
মচীন মচা কাখত্তুনা
পুরকপদু মমানা উহৈ।

খোঙচৎ ঃ
উচেক্তি হৌজকসু
থুদুনা লৈরি নাপাক লাংদা
কনবীনবা য়াওদনা
শাদানবগী উমংসিদা।

## ইতিহাস

ইতিহাস
ঐ খঙই
লীরবা কুইরবা হে মীওইবা নঙগী ব্বারীনি।

ঈচেল নাইনা চেল্লম্বা তুরেল কয়া
ফুমজিনখি মরোল-মরোল
কোনুং কয়া নীংখায়খি
লৈরোল চনখি শকখঙবীদ্রবা খুন কয়া
অসিনি ইতিহাস
নঙনা লীরিবা ব্বারী।

ইতিহাস।
ঙসি ঐনা ব্বারিবদি
মমাগী ফিজোল চিংথোক্লিবসিনি
নঙগী চেনা খূদিংদা
ঐ তানীংদে
ঐ য়েংনীংদে
তমথীবা অকিবা থৌদোকশিংদু।

ঐ উনীংদে
ঈ মশেল হাৎনদুনা
ঈখেং তাখিবগী ইতিহাস।

ইতিহাস।
হৌজিক্তি নঙগী ব্বাহে খুদিং
ঈ তৈরবা মতম
ঐ করম্বা অমুক পাগনি
মৈরী মুৎত্রবা মোংফমগী মৈঙালসিদা।

ঙসিসু

লীরবা ইতিহাস নঙগী কোনুং

অসুম-অসুম মম্থুরক্তুনা কিম্থুরকপদগী

তত্তনা লান হৌরক্লি

মায়থীরবা পূঙ্গি কয়ানা।

ইতিহাস।

ঐদি পামজদবনা লান অমসুং ঈথেং

নঙবুদি ইবা ঙল্লোই অমুক

ঐদি ইগনি শৈরেংতমক ব্রাহৈনা

নোংলীক অমসুং য়েন্নিংথা।

## মিজোরাম

### (মিজোগী অইবী মোনা জোতেদা)

ঐ উই মোনা জোতে
মিজোরাম পীত্তকপা মায়থোংদা
চাউর-চাউরবা নূং কয়া-কয়াগী চীংজাউশিংনা
লেপ্পীদনা থাশক মরোল-মরোলগুম।

মিজোরাম,
নঙগী তুরেলগী ঈচেন্দনা
ঈরোইদুনা শান্নরিবা নূংজাউশিংনা
অমুক লূপ
অমুক ফাওগৎ
নঙগী নোংদোন অতিয়া য়েংদুনা।

মোনা জোতে মিজোগী অইবী
নঙগী মহৌশাগী লৈকোলসিদা
উরিবা থাবল
অশংবা উমংদা অঙৌবা উনশিংনা তাবগুম।

অমম্বা নুমিদাংশিং
থরাম্নিচাকশিং নঙগী চীংদোলশিংগা মীৎচান্নরিবা
অদুদগী হাংদোরক্লিবা থোঙনাউশিংদনা
উরিবা মঙালনা মমীৎ পাংলকপা।

মিজোরাম,
নঙগী লাইশঙ গির্জ্জাশিং
ওক্লিবা থুঙলবা অতিথিশিং নুংশিনা

নঙগী লাইরেল মথেক্কী লম্বীদা
থম্মোয় খূদিং শন্দোক্লিবা
মীনুংশি অমদি মঙালদু।

মতমসিদা
করিগী নঙনা কপ্লিবা
মোনা জোতে নঙগী শৈরেংনা
কারক্লিবা করিগী
নঙগী চুরুপকী মৈখুনা অতিয়া তম্না।

# অসিনি ঐনা হেক-হেক লান হৌরিবা

অমম্বা।

ঐগী অকোয়বদা অসুম কোয়শিল্লকই

অসুম কোয়শিল্লকই ঐগী মায়গৈ পূম্বা

ঐগী লৈফম ঐগী লম্বীশিং,

নকশিল্লকই ফক্লাংশিং ঐগী কা।

অসুম-অসুম শীকশিল্লকই

শাংলবা পুক্নিসি ঐ

হিংলক্লি অপীকপা কাসিদা।

ঐগী থোঙ-থোঙনাউ পূম্বা হাংদোক্লুই

অমম্বা মপৈ-মপৈ পাইশিল্লকই

ঐগী কা পূম্মম-মম্না

থোঙনাউগী মিংশেন্দু কায়দুনা মচেৎ-মচেৎ তারকই।

হৌজিক্তি মিংশেন মচেৎশিংদুদা

তারি ঐগী ইমি

ঐ কিবনা লোইরে। ঙসি ইমিশিংনা কোইশিল্লকপদা।

হৌজিক করি তৌগনি ঐগী চমজরবা ৱাহং কয়াসু

মখোয়না পীরি

পাউখুম কয়া ঈথেং তানা।

মতমসিদা

ঐগী কা মনুংসিদদি

হৌজিক খোঙলি মঙগী মহম্মুংদা উচেক মচাশিংদি

অসিননি ঐনা হেক-হেক লান হৌরিবা।

# অপীকপা মহাকাব্য

অঙাংশিংদি
তুম্লি ফিথোংদ্রবা মখূৎশিংনা
নীরম্লগা ভিক্ষা
ইশি-শিনা ফুট পাটতা
হয়িং শঙ্গু-শঙ্গুশিংগা।

হৌজিক্তি অঙাংশিংদু
তোংদুনা খোঙলি কোকথক্তা
ক্কাক লংজাশিং লাক্লা-লাক্লা
ঐগী গণতন্ত্রগী সহরসিদা।

মখোয়সি
ঐগীদি অঙাঙবা ব্রাহৈনি
মায়থীরবা শৈরেংশিংদা
কবম্না ওল্লকখিবনো খঙহৌদে
অঙাংশিংনা ঐগী শৈরেংগী অঙাঙবা ব্রাহে।

মতমসিদা
ঐগী অনৌবা ইতিহাস
ঈখেং শীস্থরকই
অঙাংগী মমীৎ অনী
ঐগী ব্রাহৈশিং।
ঙসিদি ঐনা ইরি
ঈথেংসিনা অপীকপা মহাকাব্য
সভ্যতাগী চেনাশিংদা।

# হৌজিক্তি ঐ শিবা য়াম্না কিরে

থোঙসিদদি হাংদোকপীয়ু
ঐ স্বর অমুক্তা হোঞ্জগে।

ঐ অমুক হায়জরোই
চীং পাৎ তুরেল লৌবূক লমহাং
ঐগীনি ।

হৌজিক ঐ
হিংদা হিংহনবীয়ু।

ঙসিদি
শকচরগে নঙগী ঈশৈ
ইচীনসিদদি মেনবীগনু
ঙাঙজররোই ঃ
নখোয়গী মায়োক্তা ব্রা অমতা।

ঐনা শিবা কিদ্রিঙৈদা
লাউরম্বনি খোল্লাউ পূম্বা
ঐ হিংদা হিংহনবীয়ু
লমদমসিদা ঙসি
ঐ শিবা য়াম্না কিরে।

# নাকেম্থা

মঙাল

কুইরে ঐনা মহুম্মুংসিদা তুমিন্না লৈরক্লিবা। অদুনা ঐ
মতম খুদিং পাইদুনা শান্নজৈ মাগী শংবানবা
ঈপাক্তা। চাইথরকপা শন্নাং ঈপোমসিদা মঙালগী
উচেক মচা ওইনা।

থিরিঙৈ ঐ

কনানো অমা তান্নবা কনাগী খাংপোক্তা; শুক্লবা চীংনুং-
মানুংদা; লোক্কী ঈচেলগী ঈবাওখোন্দা; অপীকপা
ঈপাক্কী ঈথক মচা-মচাশিং; কুইববনি অসুম্না
ঐনা লৈবক্লিবা লংলবা মঙালগী মহুম্মুংসিদা তুমিন
ইথম্না য়েংদুনা অতিয়াসি।

পাইখ্রবা

লৈচিন অমসুং উবোক শঙ্গুশিং।

কবি মতৌনো য়েন্নিংথাসিদা কেল্লিবা তনৌ-তনৌবা
অশংবা উনাশিংদি ঈ অমসুং উফূলগী লৈমায়থক।
হৌজিকসু শিংলক্লি তমথীববা নোংলৈ নুংশিংসি
লৈখা তারবা উমংসিদা। ঐগী য়েন্নিংথা
শাংখিদ্রবা লৈ অমতা।

নাকেম্থা।

খোংলকই ঙসিদি
খোম্থাং শুনা উচেক মচাশিং
ঐগী অচিকপা খুনগী
অকংবা উপালদা তোংদুনা।

# ঐগী মাগুদদি লৈরি নোংমৈ অমগা লৈ অমগা

ঐগী মাগুদদি লৈরি
নোংমৈ অমগা লৈ অমগা
ঐখোয়গী নাৱানা পায়খৎলি
মথূৎমক্লা
লৈগী মহুত্তা নোংমৈদু।

ঐ খণ্ডই
নাৱাশিংগী অপাম্বা।
অদুনা ঐনা পীখি লৈদু অমুক
লৌ য়াদে ঐখোয়গী নাৱানা।

উরকই
নাৱাগী অকিবা য়াওদবা মমীৎ
অঙকপা মাগী ৱাখল।
ঐদি পামখি
নোংমৈগী মহুত্তা লৈ।

ঐগী মাগুদা লৈরি
নোংমৈ অমগা লৈ অমগা।

নোংমৈ
অশিবা হকচাং কয়া উরকই
ঈখেং তৈরবা লৈমায়থকসিদা
মতমসিদা ঐদি উখি লৈ ওইনা
ঈ মরীক-মরীকশিংদু।

ঙসিদি অঙাংশিং
কাপ-কাপ্তুনা শান্নে নোংমৈদু
মশান্না অমগুম মমীৎ ঙাঙনা।

হৌজিক্তি
ঐখোয় লৌবূক লমহাং ঈনা পুঙাঙ-ঙাঙলে।
শাৎলক্লে লৈসি
নোংমৈ মতোন খুদিং
লালসিঃ
নোংমা শোয়দনা লোইবকখিনি।

# ৱাহৈগী উচেক অমসুং অতৈ শৈরেংশিং

## ৱাহৈগী উচেক

ঐগী ৱাহৈদি
মখোঙদা থৌরি কোঙ্গোয় থাংখ্রবা
উচেক নত্তে
মথক্তা উশাদা য়েংশিন্দুনা শিরগদবা
মাদি মনীংতম্না পাইরিবা ৱাহৈগী উচেক্নি।

## ঐখোয় অঙাংশিং

উচেকশিংনা পাইরকপদা
ৱেক-ৱেক খোংলদুনা ঙসি অয়ূক
থোরক্লে নুমিৎসিসু
অতিয়াগী কৈরাক কাখৎতুনা।
মতমসিদা
ঐখোয় অঙাংশিংদি পুম্না পারি
চুমথাং মচু তরেৎকী মঙালদা।

## কুরাকশিং

কুরাকশিং
কোইনা পাইরম্মী হৈকোল লৈকোলদা
তোংলম্মী লৈরাংগী থোৎলবা লৈকাশিংদা
হৌজিক্তি ঃ
হৈকোল লৈকোল অমতা লৈত্রবদা
তোংলি কুরাকশিং
পোকখায়দ্রিবা বোমশিংগী মথক্তা নীংতম্না।

**অকায়বা মিংশেন মচেৎ-মচেৎশিং**

ঐনা কিখিবদি পূঙ্গিসি
অকায়বা মিংশেনসিদা
তারিবা ঐগী ইমিশিংনি।
শক্তম অমতা মান্নদ্রবা
মচেৎ অমদা য়েংবদনা ঐ নোক্লম্মী
মচেৎ অমদা অমুক ঐ কপ্লম্মী
অকায়বা মিংশেন মচেৎ-মচেৎশিং।

**নাউশুম ঈশৈ**

নাউশুমগী অঙাংদু
তুম্মু য়াদে।
থেম্মী তুম্মনবা মমানা নাউশুম ঈশৈ শক্তুনা
তুম্মু য়াদে অদুফাও
লৈ মমীৎ তরু-তরু পাংদুনা।
অদুদগী তারকই
নোংমৈ মখোল মথং-মথং
কয়াদা নুংঙাইনা তুম্লবা
হৌজিক্তি অঙাংদু
মমানা হৌদোকপা হেক তাদবমখৈ।

**মৈরী অমা**

ঐনা খল্লম্বদি
মৈরী অসিগী মঙালনা
অমম্বসি শোয়দনা কোক্কনি।
ঙসিদি ওইরম্লে
মঙালবু অমম্বগী মৈরীনা চাকথেকপা
হৌজিক্তি মমশিল্লক্লে
হেন্না-হেন্না লমদমসি।

## ঈপাক অমসুং ঈথক

ঈপাক।
শান্নরিঙৈ ঈথকশিংনা
ঐনা খনখি ঈপাকথক্তুন্দা
শান্নজগে ঙানু থঙ্গোংগুম
অমুক লুপথ অমুক ফাওগৎ
মঙলান কয়ানি
ঐনা খনজরকখিবা।

ঙসিদি ঈপাকসি
অমোংপা মপৈ মপৈ
অপুম অশা অমসুং ঈখেংশিংনা
হৌখিদ্রবা ঈথক অমতা।

ঐ খাংঙমখিদে
অমম্বা মরোল-মরোল
অসুম কুপশিল্লক অতিয়াসি
অসুম কুপশিল্লক্লবদা
মায়কৈ ঙাওরবা লমথুংফম খঙদ্রবা
ঈথক অমসুং ঈপাকসি।

ঈথক।
লুপথদ্রবা অসুম-অসুম
অমোৎ মপৈ মরকসিদা
ঈপাক অমসুং ঈথক অমতা ওইনা।

ঈপাক।
ঙসিদি ঐসু তিনশিনখ্রি ঈপাকসিদা
ইশা খঙনা অমসুং খঙহৌদনা।
ঈপাক অমসুং ঈথক।

# শরিক

শরিক
থিংলকই হেক-হেক তনৌরবী থবাকশিং
রেষ্টুরেন্টগী বাথ রুমদা।

তগৎ-তগৎ তেক্লিবা হকচাং
শান্নরি শাবনগী কোঙ্গোল
বাথ রুমগী অমম্বা।

থীল্লি মচাশিংদি
থিংখ্রবা বাথ রুমগী থোঙ
মখূৎ মচা-মচানা।

থোঙ হাংদোরকই
য়েংলমদে থোঙ থীল্লিবা মচাশিং।

ঙসিদি কপ্লি
অঙাংশিংদু শকখঙদ্রবা মপাগী খুঙ্গংদা;
মফি কোগোক-কোক্লা
হনগৎ-হন্দা চৎলি লৈকুৎ-লৈরাইশিংদা।

শরিক।
হেক-হেক খিংলি চর্চগী য়ুম্বীদা
মাদর তেরশা ঃ
মতমসিদা হৌগৎলকই
মোংফমদগী তুমিন।

## খৌগংলবা লমদম

ঙসিদি
শীক্লবা অঙাংশিংগী
অপীকপা চীনবানশিং
অসুম-অসুম কাথোরকই কংলবা লৈমায়শিং।

খৌগংলবা লমদম।

লমদমসিদা
ঙসিসু হেন্না-হেন্না কাথোরক্লি
অঙাংশিংগী চীনবান।
হৌজিক্তি মখোয়না খুন-খুন্দুনা চারি
মতমগী নুং চেক শরূ-শয়াং।

থিনরকই অঙাংশিং
মাগী মাগী লম্বী
শেমগৎনরকই লানফম কয়া কয়া
হিংনবগী লান
অপীক-অপীকপা লানফমশিংদা।

ঙাইনরি নোংলীক।

মী খরদি
নোংলীকসি লোৎশিন্দুনা থম্মী
মশা মশাগী অমম্বা কাশিংদা
খৌগংলবা লমদম
ফংদ্রি ঙসিসু নোংলীক অমতা।

## লীরুংতেন

লীরুং তেঙ্গা থোংলি
মীৎফমদি সনাগী শজি মচাগী তরু-তরু মীৎম্নাদনি
শাংলবা লমশাং ঐ শজিদুগী মতুং ইন্নরক্লি।

করিগীনো খঙদে ঐ
ওলক্লিবা শাদানবা অমা।

ঙসিদি
পায়রি লীরুংতেন ইখূৎমক্লা
পাল্লেদো তেঞ্জেনা উচেক মচাশিংদু।

খঙহৌদা
থোঞ্জেল অমা তারকই
ঐগী অপীকপা অঙাংশিংগী নাউশুম ঈশৈ
উরকই মমীৎ মচাদু ইমীৎসিদা।

ওইরম্লে
সনাগী শজি মচাগী মমীৎতু
ঐগী নুংশিরবা ইচাগী তরু-তরুবা মীৎম্না।

ঐ হৌজিক থাদম্লে লীরুং তেন লৈমায়থক্তা।

## অঙাংসি কনাসু নত্তে

অঙাংসি কনাসু নত্তে
মখূৎ হাই-হাইদুনা চৎলিবা
নুংশিদ্রা মপা মপুগী হৈকোলসিদা
উহে হেক্কুনা চারিবা।

অঙাংসি কনাসু নত্তে
খোইথুম্নরবা খোন্নাং ইল্লিবা মমানা
মমিৎ মচা অনী তরু-তরু পাংলিবা
তনৌ-তনৌবা মায়থোংসি।

অঙাংসি কনাসু নত্তে
ঐগী তোর্বান্দা চেন-চোংদুনা শান্নরিবা
শীন্নরমগদৌরিবনি মঙোন্দা
ঐখোয় কোনুং
ঐখোয় লাইশঙ।

অঙাংসি কনাসু নত্তে।
হয়েংগী লম্বীদা
হৈনা খোঙথাং থাংলিবা
ঐখোয় শেংল ঈগী লাম্মীনি।

অঙাংসি কনাসু নত্তে
মখূৎতা মৈরাসি শীন্নরমগদৌরিবনি
লংলবা থাঙশাং অমা
ঙমখৈসি ঙাক্লবা মখোয়না।

## চাইথোকখ্রবা শন্নাং ঐ খুনদু

হৌজিক্তি
চাইথোকখ্রবা শন্নাং ঐ খুনদু
অবাবা অকিবা তুজুংবা পুম্নমক তিনশিনখ্রবদা।
চোংলিঙৈ মিরাংগী মহুমশিংদা তীনশিংনা ফ্রিং-ফ্রিং
খাংপোক মচা মচাশিংদু উখিদ্রবা মৈঙাল অমতা।

খুনগী লম্বীদুদি
হনগৎ-হন্দা চৎখি ঐ কয়ারক
অসুম্না তুবেলগী ঈচেলসু মাঙখ্রি
অমম্বা মরক্তা খোঞ্জেল থোক্তনা।

নোংঙাল্লকপগী মঙালদদি
খুনসিগী লৈশিংদু লৈনা খুদিং কেনখ্রবা
মচু মচু কুবাকশিংগী শিরবা মোংফমদা।

খোঞ্জেল
ঙসিদি ঐগী উমং
শকখঙনদ্রিবা উচেকশিংনা খোঙলি।

## উপাল মচা-মচাশিং

ফি থোংদ্রবা
উপাল মচা-মচাশিংনা
য়েংজে মশাগী মূর্ত্তি
অতিয়াগী মিংশেল্দা মমিশিং।
খঞ্জে নোংমা ঃ
চাউরবা উপাল অমা ওইরক্কনি।

নোংলৈ নুংশিৎ
শুরু-শুরু নৈরকই
খাওলি উপাল মচাশিং
ফ্রে-ফ্রে হাইদুনা
শুরু-মন্নবা নোংহৌ নূং-লেন মরকসিদা।

ওসিদি উখিদ্রবা
উপাল মচা-মচাশিংগী মমি
কায় তোয়রবা অতিয়াগী মিংশেনসিদা।

## ব্রাহেগী অয়েকপা লাই

১

লৈকংলা

লেপ্তুনা লৈ অশিবা উপালশিং

তুমিন-তুমিন তোংদুনা উচেকশিং।

২

অমুবা শন্নাং

কুপশিল্লি ঐগী অতিয়া মায়থোঙ

ঐগী তুরি অমগী মচুদা ঐগী কেনভাস।

৩

অয়েকপা লাই

শাৎকায়বা ঙমদ্রবা লৈনা খুদিং তোংলি

ঐগী কায়রবা আশাগী মঙলান্দা অশিবা কুরাকশিং।

৪

মঙগী মহুম

য়াকাইরোল শক্লি খোঞ্জেল খোক্তনা

মঙগী মহুম্নুং মচীন মচা কাখৎতুনা অশিবা উচেক মচাশিং।

৫

অঙাঙবা ফীরাল

নাবাগী মমীৎ মচা-মচাদা তরু-তরুবা

হাই হুন্নি ঈগী নোংলীক্লা ইচোৎ-চোৎনা।

৬

কেনভাস

চাক্লিবা লাম্মেগী মৈরীসিনা মৈরাইরক্লি

মৈরী মচু শংলবা ঐগী অয়েকপা কেনভাস।

## ঐগী মহাকাব্য

ঙসিদি
ঐগী অপীক-অপীকপা থ্বাহৈশিং
লমদমসিগী মহাকাব্য অমনি।

য়াওরি ঐগী শৈরেংদা
মহাকাব্যশিংদা লৈবগুম থ্বাহৈ কয়া
চীং পাং তুরেল
হৈপাল লৈপাল উচেক বায়া কয়া মচু-মচুশিং।

অঙকপদি
ঙসি ফাওবদা লৈরিবা মহাকাব্যশিং
অসিদগী তোপ-তোপ্না অকিবা অমা
লৈজে ঐগী মহাকাব্যসিদা।

য়াওখিদে অদুঙৈ মহাকাব্যদা
মমাশিংগী মফি চিংথোকপা মচাশিংনা
হাংখিদে শরাক তন্নবা মতুং
থোং নৌরবা হকচাংমক্তদা
নোংমৈ মরুনা হন্না-হন্না কাপশীনখিবা।

ইখিদে মহাকাব্য অমদা
মোংফম কয়া হিংনা হিংনা লৈরোল চনখিবা
লংথোকখিব্রা ফিশিং
করম্বা মহাকাব্যদা
লংথোকখি ঐগী মহাকাব্যদদি
লমদমসিগী নুপীশিং মখূৎ-মখূৎমক্লা
ফি শেৎলুবগী কান্নবা লৈরক্লবদা।

ঐগী মহাকাব্যদদি
মতমগী মমাশিংনা
মতম্বাক্তা ফি থোংদ্রবা মচাশিংবু পল্লগা
হীক-হীক কপ্পি শীম্থরদুনা ঈগী পি
খৌগংলবা নাবাশীংদু
পীক্লবা মচীন মচা কাখৎতুনা
থক্লিবসিনি মমাগী ঈগী পি নোংলীক।

মহাকাব্য ঃ
নত্তে চেনা কয়ানা ইবা শৈরেংতনা
ঙসিদি ওইবা য়াই ৱাহৈ খরতনা মহাকাব্য
ঐগী অপীকপা লমদমসিদা
চুরিদনা ঈ মরীক-মরীক্কী নোংলীক।

ঙসিসু ইন্নবা
মহাকাব্য অমা
লৈরি ঐ তুম্বা য়াদনা
অকিবা তুজুংবা নাউকোন্নরদুনা।

মতমসিদা
মমাশিংগী খোল্লাং অমৃত ওল্লক্লবদা ঈ
ঐগী মহাকাব্য
চোংলেদো ঈ মরীক-মরীকসিনা।

# লৈ কয়া শাৎলকখিগনি

লৈ কয়া শাৎলকখিগনি।

শীত্থুরি নোংলীক
মমাগী শেংলবা মীৎলুগী পি
কীত্থুরক্লবা খাংপোকশঙশিংগী
কংলবা লৈপালশিংদা।

থিবা ফংখিদ্রবা মোংফমশিং
কেল্লবা লৈনাশিংগী লৈকোলসিদা
নোংমা য়েন্নিংথা লাকখিনি
য়ূমথোং খুদিং লেঙদনা লৈবি নীংশিং ফূরাশিং।

তারি ঈ মরীক কয়া
তিল্লি লৈশানুংসিদা
হৌরকখিনি
হৈপাল-লৈপাল কয়া লৈমায়থকসিদগী।

মোংফমগী
মৈবী অমসুং মৈখূ
নোংমা নোং মপৈ ওল্লক্তুনা
তারকখিগনি মহৌশাগী নোংলীকশিং
পাইবগনি মতমসিদা
উচেক মচাশিং
চুমথাং মচুগী অতিয়াসিদা।

লৈ কয়া শাৎলকখিনি।

## অকিবা অমা

থরায়তবু
হিংলবদি খন্দুনা
য়াম্না কুইরে ঐ
তুমিন্না লৈরকপা লমদমসিদা।
হৌজিক্তি
শৈরেং ফাওবা
মমিং থোন্দুনা ইবা ঙমদে
কিজদুনা ঙসিগী মতমসি।

ঐগী শৈরেং
থোরকউ য়াদে মতমসিদা
লৈ ওইনা থোংনা নৌনা
শৈরেংগী ঝাহৈ অমতা
চোংথোরকই
অশাওবা অকিবা শক্তমদা।

মতমসিদা
মন্দিরগী শবিক খোঞ্জেল
নেমথরকই অসুম-অসুম
ঙসিগী মীগী হকচাংদা
তৈরিবা ঈথেং উরগা।

অদুনা ঐ
থরায়তবু হিংলবদি খন্দুনা
ঐ তুমিন্না লৈরকপা
য়াম্না কুইরে লমদমসিদা।

## লৈই অমা

লৈই অমা চিংলকই
তনৌ-তনৌবা মখূৎ মচাশিং
অসুম চিংশিল্লকই অসুম-অসুম
অঙাংদুগী মমীৎ মচাদুদা।

লৈইদু মখূৎমক্রা পায়দুনা
শান্নবা পান্নম্মী অঙাংদু
অদুনা লৈইদু
মশামক্রা চিং-চিংদুনা শান্নরি
অঙাঙবা ফীরাল মচাদু পায়দুনা।
পাইরিবা উচেক উরগা
অঙাংদু নীংতম্বগী ঝাখল মৈরী চুখৎলকই ।
ঙসিদি অঙাংশিং
হেক-হেক শাই
অঙাঙবা ফীরাল মচা-মচা।

মতমসিদা
অঙাংদু উচেক ওন্নিংলক্লে
উচেক ওনখ্রে
কোইনা কোইনা পাইবা হৌরক্লে
অঙাঙবা ফীরাল মচা-মচাদু চীক্তুনা মচীন্দুদা।

লৈই।
মৈরী ওন্নকই লম্মৈ চাক্লকই
চীং পাৎ তুরেল লৌবূক লমহাং ওম্নমক
লৈইদু হৌজিকসু চিংলি
মশামক মৈবাইরক্লবসু মৈরীদুনা অঙাংদু
য়ুংলম্মী মখূৎমক্রা
অঙাঙবা ফীরালদু
মশা-মশাগী মোংফমদা।

## কপকনু ! থাজগী অইংবা মায়থোং

কপকনু!
থাজগী অঙৈবা মায়থোঙ।
পি শীঙ্খরিবা করিগী লীক্লানা
শন্নাং চোইজাইনরিবা অঙৌবা লৈচিনশিং,
শেগায়বিরব্রা ফিজোল পূম্বা
অমম্বা অহিংসিনা ?

হে ! থাজ
নঙগী অতিয়াসিদা
হৌজিকসু পাইশিল্লক্লি
অমংবা নোং মপৈ
নোংলৈ নুংশিংনা মায়কৈ খুদিং
নোংথাঙগী মৈঙালসিদা
কপকনু! থাজগী অঙৈবা মায়থোঙ
শর্মিলা চরা হেল্লি
অফসপাগী মায়োক্তা।

## চীংশাং নাপোমশিং

কুরাক অমদি
মচু মচুগী শাখগ্ৰা
মীংমাঙদা কোয়পাই-পাইবগুম উরকই
ফন্নঙৈ পৃন্দিনা
অকায়বা নুংশেন মচেৎশিংগী মথক্তা।

★

নাশোন পীক্লা তারি
পীক্লবা ঈচেল মচাগী খোঞ্জেন্দো
নীংশিংলকই
ঈশিং খূজোক খূজোকতু
ইমানা ইনবিখিবা মখূৎমক্লা ।

★

কুইয়ে উনদবসু
ঐগী চীংশাং নাপোমসি
উপাল অমদি উচেকশিংগা;
খুনগী অঙাংশিং
শান্নরমগনি উহৈ চাদুনা।

★

উরোক শজু -শজু পাইরিঙৈ
ঈথক হৌরি ইপাকসি ঈথক মচা মচা
খুঞ্জা নুপীশিং
হয়াও জগোয় শারি
মহৌশা মখোয়গী লাইবুঙশিংদা।

★

খুনগী গিৰ্জা কাংশি মখোলদা
খুঞ্জা নুপা নুপীশিং হোই লাউরি
থারি মহৈ মরোং হৈপাল লৈপান
খুঞ্জাউ-লৈচাউনবা চীংশাং নাপোমশিং।

# রাজকুমারী অমা

তুল্লম্মী ইনাক্তা
ফজরবা ফিজোল শেত্তুনা
রাজকুমারী অমা।

ঐ ইঙক-ঙকখি
মল্লবা পোমক্ত্রি মনুংদা
ইবানী তুম্মীন্নবদু।

কোনশিল্লকই চেজেৎ
মাগী ফি থোংদ্রবী হকচাংনা
ঐগী থম্মোয়
ঐগী থাখল।

ঐ মীকপ খংথোক
থোরকই।
ওইরম্লে রাজকুমারী
ঐগী থাহেংগী উচেক অমা।

রাজকুমারী
উচেক ওল্লদুনা পাইরি
ঐগী অতিয়া।
অশংবা উনাগী মরক্তা
মঙালগী নুমিৎনা মঙক থিনগৎলকপদা।

উচেক্কু।
মহুম শাম্লে ঙসিদি
শৈরেংগী শুক্লবা উমংদা।

## সিক্কিমঃ খোংলি ঐদি তৌথ্রি বাঁসী

সিক্কিম।
মশীং খঙম্রবা নঙগী ঈশিং চাইবীগী
ঈথক-ঈপোমদা ঐগী থম্মোয় ঈতিন্নথ্রিবা
নঙগী চীংমায়দনা উচান পাম্বীগী শম্লাংশিংনা
জগোয় শারিঙে
কুপশিন্নক্লি উনগী অঙৌবা ইনফিনা
নঙগী সংকীর্তনগী মন্দির ময়ায়দা।
লাচেন তম্পাক্তি
তুমিন পোখাদুনা লৈরি লমকোইবশিংগা
চেন-চোংদুনা শান্নরিঙে
খজায় ঙাঙবা অঙাংশিংনা নঙগী চীংমায়শিং।
উননা কুপ্লবা চীংশাং নাপোমদনা
নুমিৎকী মঙালনা কেকু লোৎলি
ওল্লাংথাগী নুংথিন্দনা
মনা শংদুনতা লৈবা লৈ পাম্বীশিং
অতিথিশিংগী খোঙচৎতদি শাংকাইরক্লি লৈশিংদু।
ঐগী বাখলগুম
মোনাষ্ট্রিগী অকোয়বদা থেৎলিবা ফীরালশিং
রেদ পেন্দাগী য়ুমশিংদা
মনীংতম্না পায়রিবা
নঙগী অহিংবা নোংলৈ নুংশিংতা।
টিষ্টা তুরেল
নঙগী ঈচেলদনা ঐগী থম্মোয় ঈথক হৌরি
নঙগী নুংজাউশিংনা
য়েংলিঙে অতিয়াবু নঙগী ইতিহাসকী খুভমশিং।
অদুনা মতম খুদিং
খোংলি ঐদি তৌথ্রি বাঁসী
নঙগী মহৌশাগী লৈকোলসিদা।

## মুনি অমসুং নূং

লানগী খোল্লাউসিদা
আশ্রমগী শান্তি কায়রক্লবদা
মুনিদু শাউরে;
শাপ তৌরকই: মী নঙ নূং ওল্লো।

মীচম পূন্বা নূং ওনশ্রে
মীহাৎপশিং নূং ওনবা ঙমদ্রে
হাৎলি মী অদুমক
মুনিগী শাপ ফংলবসু।

ঐসু মীচমনিনা
নূংগী মূর্তি ওইরি
হৌজিক্তি কনানসু শকখঙবীদে
কাউশ্রে মীনি হায়বা
চৎলি নেৎতুনা মখোয়।

মুনিনা ধ্যান তৌবক্লে
উরকই মীচমশিংদু
লৈরমদ্রবদা মরাল অমতা
মুনিনা অমুক
হায়রকই:
নূং নঙ মী ওল্লো।

হৌজিক্তি
ঐখোয়দি মী ওল্লে
লৈরি ঙসিসু অদুমক নূংগুম।

উপায় লৈতে
মুনি অমসুং নূং।

## শকখঙবীদ্রবা মৈগী চীং

মৈগী চীং
খঙলকপনি পোকখায়রকপা মতমদতা
শকখঙবীদ্রবা মৈগী চীং।

চহী কয়া
উনবা মীৎ পানখিদে
উপাল ব্রাপাল চীং পাৎ তুরেল
কনা অমতনা।

মতমসিদা
মীয়োল্লকখিবনি
লমদমসিগী শিয়োম্লুংদা
মৈগী চীং।

মৈগী চীং।
মথং-মথং পোকখায়রকখি
মৈগী চীং মচা-মচা।
পেল্রবা অশাউবা শিয়োম্লুংসিদগী লোইনাইদনা।

ওইরকখিবনি লমদমসি
অসুম্না ফিথোংদ্রবা মূর্তি অমা।

হৌজিকসু
নাউপুরি লমদমসিদা
মৈগী চীং।

মৈগী চীং মচা-মচা
ঙসিসু য়েংদুনা লৈ
চীংশাং নাপোমসে।

# উচেকশিংদু পাইখিদ্রি

উচেকশিংদু
পাইখিদ্রি।

মশাগী উমংদা ঙসিসু লৈরি
অপীকপা মহুমশিং
চাক্লবসু লম্মেনা
পাইরি কোয়না-কোয়না
মাগী অপীকপা অতিয়াদা।

উচেকশিংদু
পাইখিদ্রি।

থল্লি শিরবসু মফমসিদা শিগনি
হিংলবসু লমদমসিদা হিংগনি।
পোকখিবনি
চাউরকখিবনি উমংসিদা।

মশাগী উমংদা
লৈরি অপীকপা মহুমশিং
খোংজি অপীকপা উচেক মচাশিং
নোংলোন অতিয়া য়েংদুনা

চাইথরকপা কোরৌ মঙাল।

## খৌগংলবা ঈশিং

ঐ খৌরাংবনা লোইরে
কোয়না চংতুনা থিরুরে
ফংদ্রে ঈশিং।

কংলপ্লে ঐগী অশীকপা তুরেল পৃম্বা।

অতিয়াদগী
নোংলীক অমতসু তারক্লে
ঐগী লৌবূক লৈত্রক চংলে ।
কদায়দা থিরুগনি ঈশিং
লাকখিদ্রে খুঞ্জা নুপীশিং
ঈশিং পুন পুদুনা।

কাপ্লকই তেঞ্জে।

ঐ খৌরাংবনা লোইরে
হৌজিক ঐ ঈশিং থকপা ফংদনা শিরগদ্রা ?

ঈশিং খরদং পীবীয়ু
লাউজে হন্না-হন্না
ঐ খৌরাংবনা শিগদৌরে।

তেঞ্জে।

হৌজিক্তি মখোয়না পীরকই
ইশাগী ঈ মরীক-মরীক
ঐগী ঈশিং।

হৌজিক ঐ
ঈশিংসি থকখিগদ্রা ?

# উরকই ইমীত্তা মোংফম অমা

থোঙ থীল্লকই

দোং দোং দোং ...।

করি পাউথুম পীগনি?

অমম্বা অহিংসিদা

লাক্লা-লাক্লা খোংলিবা হুইগী খোঞ্জেল।

থীল্লকই অমুক থোঙ

দোং দোং দোং ...।

মহৌশা থোঙসি হাংদোক্লুবদা

শকখঙদবশিংদুনা মী কয়া

হিংনা-হিংনা লৈরোল চনখি

অসুম্না মী কয়া মাঙহনখিবগী ঝারী

তপ্না-তপ্না নীংশিংলকই

হৌজিক ঐ করি তৌগনি ?

অকিবনা ঐ

খোঞ্জেল থোক্তনা লাউখি

নখোয়বু কনা-কনানো ?

থোঙদু

অমুকসু থীনগৎলকই।

অমম্বসিদা

কনা অমতনা লৈত্রবজাৎলা ?

থীল্লক্লিবা থোঙসিগী খোঞ্জেলসিবু তাম্রিবা ?

হৌজিক্তি অমম্বসিদা

উরকই ইমীৎতা মোংফম অমা।

## ঈচেল অমসুং লৈরাই

লৈরাই
কীন্থদুনা শান্নরি ঈচাউশিংদা।

ঈচাউশিংদি
য়োৎশিল্লি লৈরাইশিং
নোংমা-নোংমা মীৎকুপশিং।

ঈচেন্দুবু য়েংজরম্বা
তোর্বান্দুগী লম্বীশিংসু অসুম-অসুম কীন্থগ্নি
চীংদোনশিং চীংমায়শিং ঈচেলদুগী ঈরোন্নুংদা
লৌবূক লমহাং পূম্বা।

উপাল য়াপাল হৌদ্রবা
উচেক য়ায়া তোংদ্রবা
ফিথোংদ্রবা খুঙ্গংশিং ওল্লকই সহর
মতমসিদা মীশিংগী থম্মোয়
য়াওশিল্লক্ত্রে মীনুংশি অমতা।

লৈকংলা।

হৌজিক্তি মান্নগ্রবা লৈতেম
নোংমা-নোংমা কীন্থগ্রবা লৈরাইশিংনা
অমতা ওইগ্রবা
ঈচেল অমসুং লৈরাই।

## লাম্হৌংনরিবনি লমদমসি

চেকশিন্না লাকউ নুপামচা
লম্মীসি লৈকুৎ-লৈরাই তিংখং-তূম্নৌ
থন্না লৈ লৈকংলাগী উমংসি
শা কৈ মী কয়ানা থল্লবা।

অতিয়াদা
ব্রাওথাংনবা অমসুং অরা মৈখু উই
মায়কৈ মরি শন্দোকখ্রিবা
উমং অমসুং চীংশাং পরেংসি।

চেকশিন্না লাকউ নুপামচা।

নাইতোম তারবা খুনসি
য়েক্লবা মশীং য়াম্লবা
করি থোক্লগদগে খঙদবা পুংফমদা
খুঞ্জাশিংগী মরাইবক্তা ঙাইদুনা লৈরিবা।

মমাশিংদি
কপ্লিবনি শিয়োন্নুংগী নাব্রাগী নাহেখোন্দা
শেগায়রবা ইনফিনা
তৈথোক্লিবসিনি মীৎলুগী পিরাং।

লমদমসি
নোংলৈ নুংশিৎ কল্লি নুং-লেন তারি।

চেকশিন্না লাকউ নুপামচা
মায়কৈ খুদিং
লাম্হৌংনরিবনি লমদমসি।

## ঐগী অহানবা শৈরেং

খাংপোকশঙসিদা
ঐ খুনগী লাইর-অনংশিংগা লৈমিনরিঙে
চনীংঙাই চেঙ লৈখিদে
শেংনীংঙাই ফি লৈতে
অসিনি ঐগী অহানবা শৈরেং।

ঐনা খোঞ্জেল থোক্তনা লাউখিবদু
খোল্লাউ কয়া মঙলাক্লবা খুঞ্জাশিংগী
লান অদুনি ঐগী ব্রাহে
অসিনি ঐগী অহানবা শৈরেং।

অহকপা নুংদসু ইরমদে
মমিং অমতসু শকখঙবীদ্রবা লাম্মীশিংদু
ঐ করম্না ইতিহাসসি পাগনি ?
হিংলি মখোয়দি চরা অমগী মীওং-মীনৈদা
অসিনি ঐগী অহানবা শৈরেং।

শারবা মৈশা
মশাগী ঈ মশানা থকচদুনা
চৎলিবা শাংলবা মরুভূমিগী লম্বী
উট পরেং-পরেং
অসিনি ঐগী অহানবা শৈরেং

লৈগী অচিকপা তোর্বান্দা
বাঁসী খোংবা ষণশেন্নহা
মাগী সুরদসু ঐনা ইখি
অসিনি ঐগী অহানবা শৈরেং ।

# ঐগী মহৌশা ঋতুসিদা

ঐগী থম্মোয়দা
য়েন্নিংথা লৈজে বসন্ত ঋতুসু
অদুনা খোংই কোকিল নুংশিনা
ঐগী পূক্নি পামেন্দা
অদুননি ঐনা
বসন্তগী শগোল তোংদুনা লান হৌরিবা।

ঐগী পূক্নিংদা
লৈজে নোংজুথা
কংলবা লৌবূকশিংদা চুথজরিবা নোংলীকশিং
মতম খুদিং জগোয় শাজরিবা ফৌনাগা।
অদুননি ঐনা লাম্থেংনরিবা মতম খুদিং।

নোংমা খোংলমই।
নোংইন চেক্লানা চীক্লবা পুন্সিগী থাবল মঙালদা
ঐনা চেন-চোংদুনা শান্নখি
ঐগী পূক্নিং
ঐগী থম্মোয়।
অদুননি ঐনা লমদমসিদা হিংজবা ঙল্লিবা।

কয়াদা নীংথিখ্রবা
ঐগী থম্মোয়গী অতিয়ানো থোক্লিবা নুমিৎ থা থৱাম্মিচাক
হুম্লক্লিবা নামিবা মালংনা লীরি-লীরি
লৈসু শাৎলি
অনৌবা উনাসু জগোয় শারি।

হৌজিক্তি
বসন্তগী মতমনি।
অদুনা ঐনা তাইঃ
অঙাঙবা খোইনিংগী ঈশৈনা খোম্থাং য়ৈনা
ঐগী মহৌশা ঋতুসিদা।

# সুইসাদ

বোম
ঐ ইশাদা চেৎনা কিশিন্দুনা
মীয়াম মরক্তা চৎলক্লি
কনানো অমা হাৎনবা।

সুইজ নম্মী
সুইসাদ বোম।

মী অমা শিরে।

শিরিবা মীদু ঐনা মুন্না য়েংই
ওইরম্লে ঐগী ইমি।

ঐ
ফাক-ফাক নোকই।
ইশানা ইশাবু
সুইসাদ তৌদুনা হাৎচবা ঙম্বগীদমক।

সুইসাদ।
অসুম্না ঙসিদি
ইথস্তা শিজরকপা য়াম্না কুইরে।

## মতমগী লাইনীং

নুমিৎ খুদিং
খুরুমই মৌ নহাশিংনা
ধুপ থাউমৈ থান্দুনা
ঙসি হায়বা নোংজাসি
নমজা-নমথেক তৌবীদবা
দ্রৌপদীগুম ফি চিংথোকপীগনু
লৈকায় মমাঙদা
উহনবীগনু মমীৎতা ইচা, ইপুরোইবগী
ঙাকপীয়ু শেন্নবীয়ু
কল্লু নুপীগী ইকায়খুম্নবা।

খুরুমই
মীশিংসু নুমিৎ খুদিং
নোংমৈ গুলীনা পানবীদবা
পীবীগনু কনা অমতগী মীওৎ-মীনৈ।

মতমগী লাইনীং
কায়রি ধ্যান
চিংথোকপীখ্রে নুপীগী ফিজেৎ লৈতেং পুম্বা
অমম্বদা নত্তে
নুংথিল পোবোপ্তনি।

# উফূল

ঐগী মীৎতা চংগ্রে উফূল মরীক-মরীকশিং
উম্রে ফজবা অমতা মহৌশাগী শক্তমদু।

মুৎথ্রেদো ইবেমগোক্কী উচান মৈরাদুসু
মল্লবা খাংশোকশঙগী অমম্বা কাসিদা।

চিংথোরক্লবা ঙসিদি উফূলগী লম্বীসিদনা ফিশিংদু
মীশিংগী হকচাংদগী খাঙমদ্রবা মীওৎ-মীনৈনা।

কেল্লেদো কুইরবা ইতিহাস লৈমায়দা
সনা খোংনাং মনাদু লৈক্রেক চংলবা লৈমায়থক।

অবাবনি নোংলৈ নুংশিৎসিদা
তেক-তারবা উপালগী উশাশিংগী মরাইবকসি।

কুপশিনখ্রবা মতমসিদা লাইশঙদুসু
অকেনবা উনা অমদি উফূলশিংনা।

করিগীনো তোংদুনা লৈরিবা ইপা ইপুগী মোংফমশিংদা
অঙাঙবা অপীকপা উচেক মচাশিং।

কুইরে অসুম্না ঈশৈ শরুক্লিবা
লমন শিংনীংবা উচেক মচাশিংনা।

মতমসিদা শাইশিল্লক্লি উচেকশিং চীক্লদুনা য়েন্নিংথাগী উনাগী মমি
মহুম শাগদবগী খুনগী উপালশিংদা।

## লম্বী

লম্বী
অসুক কুইনা চৎলক্লিবা
অমুবা লিন অমা ওইরম্লে।

হৌজিকসু
মখোয়না হায়রি
চৎলিবা ঐগী খোঙচৎতা
অনৌবা মঙালগী লম্বীনি।

মতমসিদা
য়োৎশিল্লক্লি মীশিং
লম্বীসিনা
মশা খঙনা মশা খঙজদনা
লিনশিংনা।

উপালশিংগী উশাশিং
ওল্লক্লবদা নোংমৈ
মীশিং ঙসিদি
মৈ চুজরি মখূৎ-মখূৎমক্লা
মশা-মশাগী মোংফমশিংদা।

## ঐনা খল্লি

বেদব্যাসগী উমং।
ঐ উবা পামদে ঐগী লমদম
ঈথেং তৈরবা উচেক মচাশিংদু
অদুননি ঐ
ম্বাহৈগী শৈরেং ইরিবা।

লম্মৈ।
চাক্লকবদা অপীক-অপীকপা উমংশিং
মহম্মুংদগী পাইথোকথিদনা উচেক মচাশিং
খোংলিবা খোঞ্জেলসিদা
ঐগী ম্বাহৈগী ঈশৈ কয়াসু তিনগ্রবনি

ঐদি মতম পুম্বা
লান পামজদবা খুঙ্গং কবিনি।
য়েংউ ঐগী লম্বীসি
ঈগী খোঙ্গুল খুদিং লৈ শাংলিবা।

শক্লম্মী মহৌশা উচেকশিং
নুংশি-নুংশিবা ঈশৈ
মীশিংগী থম্মোয় পূক্লিং শুমহৎখি
মতমদুদা কনাসু পামখিদে লান।

ঐনা খল্লি
ম্বাহৈনা পুরকনি
লানসিগী অরোইবা ম্বারোইশিন।
ওন্নোই নোংমৈনা,
ওন্নোই বোম্না।

# লাংতক্লবা

অতিয়াদি
অঙাঙবা মৈরীগী মচু শংলি।

মতমসিদা
ঐ থম্মোয়
অন্নাবা ৱাখলনা পীক থল্লি।

নোংমা-নোংমা অসুম-অসুম পাউ কয়া তারকই।
লোক্কী ঈচেল মচা-মচাশিংদু
চাউর-চাউর নুংজাউশিংগী মরক্তা
চীক্লা মুকম-মুকম শোন্দুনা চেল্লি।

খোইশাওনরবা
ঈচেলদুগী ৱাকৎনা কবিনো ?

অকিবা ফংলবা খোঙচৎ অমা
কুইবে ঐনা চৎলক্লিবা লমদমসিগী লম্বীশিংদা।

ঐগী লম্বী
শাগী খোঙ্জুল য়াম্না তাই।

নোংমৈগী খোল্লাউসিদা লেপথ্রবদি
শান্তিদু পুরক্কনি ঈংনা চীক্লা।

ৱাখলমল থল্লুবদা
ঐগী পূক্লিংসি কয়াদা লাংতক্লরিবা।

## অশিবা মোংফম

ঙসিগী মতম
অসুম-অসুম শিরক্লবা মীশিং।

অদুনা মী খুদিংনা
নীংতম্বগী হি
পামথিবনি পাক্লবা ঈপাকসিদা হোনবা।

ঈচেলসিদা
তাওথক্লরবা নুং অমদি
তোর্ব্বানসিদা অকিবা য়াওদনা
মঙ মঙলি।

মতমসিদা
মীশিংনা চৎলি।
মৈগী চীং পুদুনা কোকথক্তা।

ও ! শিরবা মোংফমসি
মতমগী মৈরীনা চাক্লুনা।

লৈ অমদি শাৎলি
শিরবা মোংফমসিদা
অনৌবা আশানা থল্লবা।

# লান ঃ ঐগী শৈরেং অমগী মমিং

শৈরেং।
ঐনা মমিং থোনবা ঙমদ্রবা মতম
লান ঃ ঐগী শৈরেং অমগী মমিংনি।

লানদি।
লানফম খুদিং ঈ তৈরি
শাংতে লৈ অমতা।

হে ! লান
চাক্লিবা হিংশাগী মৈরীনা
লমদমসিগী চীংশাং পরেং
উপাল মাপাল লৈপাল লৈপাল
কংলবা লৌবূকশিংনি।

শৈরেং।
অদুনা ই ঐনা হেক-হেক
য়েক্লবা লৈতবা হিংশা য়াওদবা
মাহেগী লান।
লাম্ফেংনরিবনি মাহেনা ঐ
মারোইশিন অমগীদমক লানসি।

লান
ঐগী শৈরেং অমগী মমিংনি।

## নৌঙ্গৌবী

অতৈ শৈরেংশিং

নোঙ্গৌবী

কুমগী নোং তারক্লে।
ঙাইহিরি নোঙ্গৌবী নোংগী নোংলীক।

ঈখৌ লাংবা।

নোঙ্গৌবী,
ঙসিদি থকউ ঈখৌলাংবা কোক্লবা
মমাশিংগী পিগী নোংলীক ওইনা।

ঐগী অপীকপা উমং

নখোয় কনাসু খঙলোই
ঐগী অপীকপা উমংসি
যুগ কয়া লৈরক্লবনি
ঐগী খোঙমমেয়ে লৈশাং তম্লদুনা
শোকপীগনু কনামতনা
মহৌশাগী লৈকোলসি।
খোংলিবনি নোংইন চেক্লাসু খোম্থাং য়ৈনা।

নোংলীক

চুথরো
চুথরো
নোংলীক য়েন্লিংথা অমগীদমক।
কেল্লিবা উনাশিংদু
অনৌবা য়েন্লিংথা অমগীনি।
ঈগী নোং।
ওল্লো-ওল্লো ৱাকচিংগী নোংলীক
ৱারবা মালেম শারসনু জগোয়
অনৌবা উনাশিং।

## মহৌশাগী মশান্না অমা

করিগীনো অঙাংশিংদু
মমাগী নাউশুদগী চোংথরক্লিবা
অকিবা য়াওদনা।
খুনগী নারক-মোংশোংদা
শান্নরিবা সনা খোংনাং মনাগী লুহুপ উপ্পুনা
পায়দুনা ফীরাল মচা-মচা।
কয়াদা নুংঙাইরবা মহৌশাগী মশান্ননো
মপা মপুগী লংলবা থাঙশাংনা
ককখিবা বোমগী মৈনা।
মখোয়দি শান্নে ঙসিসু চোকথবা নাইদনা
মঙালগী ঈথক-ঈপোমদা মশা পুন্না
ঈখেং তৈরবসু।

## মমাদি অমতনি

লানফমসিদা
লালহৌবশিংগী ময়ূমদসু কপ্লি
সিফাইশিংগী ময়ূমদসু কপহৌই
মমা খুদিংমক তেংথারি।

মমাদি অমতনি।
তারিবা পিশিংদু মমাগী মীৎকী পিনি
লান অসি লোইশিনবা পাম্মী।
নাউশুমশিংদু
মমাগী মখূৎমক্তা হাইরিবনি।

## ঐ পোথারি কীন্থরবা কোনুংসি য়েংদুনা

১

নোংলৈ নুংশিং।

তেক-তারবা উপালশিংগী মমিদা

ঐ পোথারি কীন্থরবা কোনুংসি

য়েংদুনা।

২

ওইরক্লবা নাকেন্থা।

কেল্লেদো অশংবা উনাশিং

লৈক্রক চংলবা লৈমায়থকসিদা।

শীঙ্গুরি।

ঐগী মীংকী পিদি লোইনাইদনা

তুহং-নৈহংশীরবা মতমগী লানফমসিদা।

৩

কয়াদা কুইরবা

নখোয়না থম্লক্লিবা

ঐগী নুমিৎপু

মঙাল অমতা থোকহন্দনা।

৪

ঙসিসু ঐ

য়েংলিবনি মৈরীসিনা চাক্লিবা

ইতিহাস নাউশুমদু

ফম্লদুনা চীংশাং নাপোমগী

অকেনবা উনাগী মথক্তা।

৫

পুখ্রেদো

ঈশে শক্লিবা ঐগী ৱাহৈশিং

চীকুনা অপীকপা উচেক্কী মচীনশিংনা।

## শৈরেংগী নাউশুমদা

হিংনা হিংনা শিরবা মীশিংসে
অনৌবা ঈ পীদুনা হিংহনগনি
মসিনি কবি ব্রাহে।

কম্নীগনু
কনা অমতা কম্নীগনু
তাহনবীগনু কনা অমতগী মায়থোঙদা পি
ঐগী ব্রাহেগী ঈ পীগনি।

কবি ঈসি
অপাম-অপাম্বা লৌবীয়ু
ব্রাহেসিদা য়াওবনি
শেংলবা ঈ মরীক-মরীকশিং।

নখূংতু তিংথোকপীরকউ
নমিংতু পাংথোকপীরকউ
শৈরেংগী ব্রাহে অমমম খূদোল তৌজগে
ঐদি অতিথিশিংগী সেবা তৌজরিবনি।

ঐগী তুংগী অঙাংশিংদি
ইশাগী ঈ পীথকুনা য়োকচরকপনি
শৈরেংগী নাউশুমসিদা।

## অসুম্না হিংলমথি

মণ্ডলান কয়া
উরু-উরু লৈশিল্লকই ঐগী পুন্সিগী মনুংদা
ঐগী ইমম-মল্লবা খাংপোকশঙগী কা।

কীন্থ্রবা লাইশঙ।
কায়-তোয়রবা মরকসিদা
করিগীনো ঙসিদি
মীয়ামসিনা কৃক-কৃক ইন্নরক্লিবা।

ঐদি লাকখিবনি
পুন্সিসি নঙ্গো পোদুনা
লন্থী অমদগী লন্থী অমদা
মথং-মথং।

ঐগী লন্থী অসুম-অসুম
শীকশিল্লকই
মণ্ডলান কয়া
পুন্সি কয়া।
ঐ খঙদে করিগীনো
মফমসিদা লাকলিবা ?

ঐদি
অসুম্না হিংলমথি
চৎনা-চৎনা
শিরবা খোঙচৎ অমদা।

## মঙলাক্লবা

ঐ নোকপা য়াদে। ঐ কপ্পা য়াদে।
ব্রা ঙাঙবা য়াদে। ঐ লাউবসু খোল্লাউ অমতা।

লৈ নোংমৈ অমা।

কপ্লি নম্মী
নোকই নম্মী নোংমৈদু থম্মোয়দা
ঐ তৌফম খঙদদুনা তুমিন লৈ।

নেৎথরকই মখোয়না
করিগী তুমিন্না লৈরিবনো ?

পাউখুম পীয়ু
হন্না-হন্না নেৎথরকই।

পাউখুম পীয়ু
হংলিবা ব্রাহংগী পাউখুম পীয়ু।
উপায় লৈতে
ঐ শিজরগে কাপ্পীরো নোংমৈদুনা।

পায়খৎলকই নোংমৈ।

ঐ মীকপ থংথোক-থোরকই
অমম্বসিদা ওইরম্মী মীহাৎপদু ইশামক।

## মণ্ডফাওনরকপা

সনা লুপা শিজীনবীরে
পোলোই শেংচিনবীরে উপশিনবীরে কজেংলৈ
য়েংজরগা লাইথিদু মোমোন নোকচৈ নুপীমচাদু
ফজরবা মাগী লাইথিগী মায়থোং।

কপ্পি লাইথিদি।
হংজৈ নুপীমচাদুনা ইতা
করি ননীং থুগুদবা লৈরীবগে ?
খুমদে
লাইথি
ইচীক-চীকই কাদু ।
হংই নুপীমচানা তোইনা তোইনা অচীকপদু থুগাইদুনা
অউনপোত্তি কদায় ইতা ঐগী অউনপোং
ওল্লোই ঐ অউনপোং য়াওদনা লুহোংবা
কেরোশিন হৈজীনবীদুনা হাংপিগনি
থৌরী ম্লানশিনবীদুনা থল্লীগনি
ঐ লুহোংবা
ওল্লোই ইতা।
মণ্ডফাওনরকই নুপীমচা
হীক-হীক কপ্লকই নুমিং অদু লাক্লবদা
মাগী লুহোংবা নুমিং ।
কোন্দুনা কপ্পি
লোম্বোক্তবা লাইথিবু
ওইরক্লবদা মণ্ডদুনা তাইবং।

## লানফম

লানফম।

করম্না লাননো তৌগদৌরিবা মখোয়না
শাৎলিবা লৈশিংগী মরক্তা
লানদি কুইরবা লীরবা মূর্ত্তিনি
কিম্থ্রবা
লৈরোন চনখ্রবা।

লানদি
মফি থোংদ্রবা মতমগী মূর্ত্তিনি।

শিথ্রবনি হন্না-হন্না লানদি
তেক-তাদুনা লানগী দোলাই
ইবা লোইথ্রবা
ঈহিং-নাইহিং তৈরবা মহাকাব্য।

তারাক্লবাসা
ঐগী মায়থোংদা মীৎকী পি
মীচমবু মরাইবক ওইহনবা
লানফমসি উবদনি।

তাহনবীগনু মীচমশিংগী ঈ
ঐগী লানফমদি লৈকোলনি।

লাননা করি পুরকখ্রবগে
মীকপ মীরাউখোল নত্তনা ?

## ঐগী ইখূৎতদি লৈ অমা পায়রি

ঐগী ইখূৎতদি
লৈ অমা পায়রি।

মতমসিদা
পায়রিবা নোংমৈদুদি
মরাইবক ফবা মী খরগী মখূৎতনি।
খল্লম্বা য়াই নোংমৈসিনা
মী কয়া কাল্তুনা হাৎকনি।

ঐগী ইখূৎতদি
লৈ অমা পায়রি।
ঐদি খল্লি মী খুদিংমক
ফংজসনু লৈনমসে।

পুবীরকউ
নোংমৈশিংদু থাজগে
ঐগী লৈকোনসিদা লৈপাল ওইনা
শাৎলক্লবা লৈনম চেনবা লৈশিং
তোংলসনু কুরাকশিং।

বোমশিংদু পুবীরকউ
নখূৎ-নখূত্তা পায়রিবা
লৈহাও চেল্লবা লমসিদা
হৌরকসনু উপাল ওইনা
ফংজনবা যাত্রীকশিংনা উরুমদু
শারবা মৈশাসিদা।

## শাউরক্কনু ইমা

ঐ মীং উইশিনখিবা তারবদি ইমা
নঙগী নতস্বাক্তা মোনখাঙনদুনা উইশিনগনি।

ইমা অদুনা ঐদি
মতম কয়া ব্রাখল পূম্বা লমহাংনরদুনা
নঙগী লম্বীদনি লাক্লিবা
অশাউবগী ফিজোল পূম্বা শেৎচিন্দুনা।

অসুম্না কুইরবনি লৈরক্লিবা
নীংখায়ম্ব্রবা কোনুং য়েংদুনা ইশামক
কায়থম্ব্রবা চেকপনগী
অকায়-অতোয় মরকসিদা।

থোকখিদ্রে
মতমসিদা ঐ খোঞ্জেল অকিবনা
থৌনাগী থাঙশাংসু মাঙম্ব্রবদা
কুইরে কাউরক্লিবা
পারোন-পুরোনগী ইতিহাস কয়াদি।

শাউরক্কনু ইমা।
ঐদি ঙসি ইশাবু ইশানা
শকখঙজদবনা ঙমদ্রে কৌজবা ফাওবা
নঙবু ইমা হায়না খোঞ্জেল থোক্লা
পীথকম্ব্রবসু নঙনা
কয়ারক হন্না খোল্লাং অমৃত।
ইমা।
ঐনা মীং উইশিনখিবা তারবদি ঙসি
উইশিনগনি নঙগী নতস্বাক্তা মোনখাঙনদুনা।

## ঐ অমসুং ইমি

ইমি।

ঐনা চৎপা খুদিং।
ঐগী তুং ইন্দুনা অদুমক লৈ।

মানা ইতুং অসুম ইন্নবসিদা
ঐ য়ায়া কিরে
মরমদি ঃ ঐনা তৌগে খনবা অরোন-অথুপ কয়া
মানা ঐবু কোইশেন-শেন্নরি।

অবাবদি
ঐগী ইমিদু
শিন্নল্লে নোংমা অমত্তদা।

ঐনা কৌই
মায়কৈ খঙত্রবা অমত্তা মরক্তা।
ইমিদু কৌবসু খুন্নক্লে উবসু ফংগ্রে।

ঙসিদি কংলি
ইথুংগক্লা অশিবা
ঐগী ইমিদা লৈশিং।

ঐ থৌজিকসু লৈরি
বা অমত্তা ঙাংজবা ঙমদনা
অমত্তসিদা অসুম।

## ৱাহেংগী ঈথক মচা-মচা

ঐ অহাংবা অতিয়াদা য়েংই
চোকথবগী মমি অমা তারি।

ঐ মঙ অমা মঙলিঙৈ
ঐগী মীৎপান্দদি পাইরি কুরাকশিং।

ঈশাক মচাসিদা হিহোনবা কনানা
ঈশৈ শক্লিঙৈ ঈথক মচা-মচাশিং।

খুঙ্গা নুপীশিংগী খুৎলং ঈশৈদনা
থায়নগী নুংশি-নুংঙোনদু ঈরাং থাংলকই
শঙাই মচাগী
তরু-তরু মীৎম্নাগুম।

লৈচিনশিংনা পাইরিঙৈ
উয়োক শঙ্গু-শঙ্গু কৌব্রু চীংগী মরেংবান্দা
ঐগী পূক্নিংগী ৱাহেংশিংদি
মুরুম-মুরুম শোন্দুনা চৎলি।

ঐ মতমসিদা উরকই মঙ অমদা
ঐগী ইমা সনা ফিগে থোক্লবীদু।

মহৌশাগী লৈহাউ লৈরেন্দু
নুজা কনাগী নাপদা
শমজিরৈগী নাচোমদু লৈনম চক্লমদ্রি।

নোংইন চেক্লা ঃ
উশা অমদগী উশা অমদা তোংলি
অচীকপা থাবল মঙালদা
খোংই খোঙ্গাং য়ৈনা পুন্সি বসন্ত।

# অশংবা উনাগী জগোয়

জগোয়
শারিবা জগোয় নঙগী খোঙজি মখোলদা
নীঙ্গিনে অতিয়াসি কুইরবা তুংসিদসু।

অনৌ-অনৌবা অশংবা উনা।

হাইরম্মীদনা নথূংমক্লা
নঙগী অরোইবা খোঙচংতা
ঐনা খল্লি য়েল্লিংথাগী অশংবা উনাগী জগোয়নি।
ঙসিসু নঙগী ফীরালদি হাই-হল্লিবনা
ইমাগী পি শীঙ্খ্রিবা ইমীংসিনা
য়েংলিনে অপীকপা নঙগী খোঙ্গুল পরেং-পরেং।

চীঠিদু ইরকউ।

ঙাইরম্লে অচাকপা অহিং কয়া
মেরাগী থাউমৈ মৈঙাঙলদা নঙগী মায়থোং থাজ
য়েংদুনা লংলবা অতিয়াগী থবাম্চিাকশিং
মঙাল নঙগী মীংম্নাদু তরু-তরুবা।

খোঙজি মখোলনা।
নাউশুমসিসু হাইরিবনি ঙসি ইমাগী লেংদ্রবা থম্মোয়দদি।
শক্লিনে হৌজিকসু ইমানা নাউশুম ঈশে।
করিগুম্বা থক্লিংলক্রবদি নঙনা খোল্লাং অমৃত
কৌরকউ ইমাবু অচীকপা অহিং কয়া লোইনাইদনা
ইমাগী থম্মোয় অতিয়াদগী খিক্লক্কে নঙগী মোংফমদা নোংলীকশিং।

## শরন্না মীগী সহর

অঙাংশিংসে তুমথগ্রেদো
ইশি-শিনা
মমাগী খোল্লাং কংগ্রবা খোমজিনসি
পোখাদনা চিংলল্লগা
মীংলুগী পিসি কংদনা।

কায়গ্রবা মমাগী মঙলান অমদি
লাক্লা-লাক্লা খোংখি কাক শন্থু-শন্থু।

শল্লাং পুমচাই-চাইরবা
শাউরবা নোংলৈ নুংশিংতা
মল্লবা অহিংগী মুংগ্রবা উচান মৈঙালসি
কেল্লকই থবাম্মিচাকশিং মমীং মচা-মচা।

শরন্না মীগী সহর।

মতমসিদা।
অমন্বা মশা মশাগী কা-কাদা
নুপীশিংদু মথন-মথন্তা
মফি খোংদনা লৈরি
মঙলান্দা থৌরী য়ান্দুনা শিজরবশিং।

অঙাংশিংদি
হৌজিকসু ঙাইরি
থরাক-থরাক য়াম্বুরিবা
মমাশিংগী খোমজিনশিংদগী তারকপা
খোল্লাং অমৃত
অপীকপা মচীন মচা কাখৎতুনা।

## ৱাহৈ অমসুং মূর্তি - ২০০৫

### চীঠি অমমম থারকই

চীঠি অমমম থারকই নোংমৈ মথূলদা।
চীঠি হেক পাবা লোইবগা
ঐ খুদক্তা অদুমক শি।

ঙসিসু য়ুম খুদিংমক্তা
চীঠি অমমম থারক্লি
মীশিংগী মরাইবকশিংদা চপ চানা থুংলৈ।

### ইতিহাস অমা

ইতিহাস অমা
কমদমসিগী লৈমায়দা
তাদুনা লৈ অশিবা
হৌজিক মশক মমিং খঙদনা।

ঙরাং অমত্তা অহিংদা
শকখঙদবশিংনা
নোংমৈনা কাক্লুনা হাংলম্লা।

### ৱাহৈগী লৈ অমমম

ঐ শিংথ্রি ঙসি কাওবদি
মখোয়না কাপ্পকপা নোংমৈদুনা।
ঐ ছিংজিনিমক
লাইবক য়াম্না কৈ।
মতমসিদা ঐ মখোয়দা
তৌজনীংই খুদোল ৱাহৈগী লৈ অমমম।

**ঐখোয় নীংতম্বা অমগীদমক**

নূংথঙদু থাঙ্গংলু
নীংতম্বা ফংনবা
শাসি য়ূম। অনৌবা মঙালগী য়ূম অমা
থারুসি ফৌ ঐখোয় লৌবূক লমহাং
লম্বীসি শেম্নুসি
ঐখোয় নীংতম্বা অমগীদমক।

**হাইবা ঙমদ্রবা নাউশুম**

খল্লি মখোয়
অঙাংসি গোকহনগনি ঈ তিনশিন্দুনা
লানহৌদু হৌরক্লবা
অমম্বা অহীং কয়া কয়া
কুইরবা লীরবা ইতিহাস লমায় ফাক-ফাক্লুনা।
নুপীশিংদি তুম্মিন-তুম্মিন লৈনরি
মশম মনা ইফা-ফারদুনা
হাইবা ঙমদনা নাউশুমদু।

**ভগবান বুদ্ধ ঃ**

ভগবান বুদ্ধ
লৈরমদ্রে সনা খোংনাং মখোঙদা
মাঙদ্রে অমম্বা মরক্তা
মতমগী মঙালবু কিরব্রা ?

বুদ্ধ পূর্ণিমা
খোরকই মঙাল ইমম-মম্না।

## তুরেল - ১

### (খোঙশাল্লক্লি হ্রাহে পরেং অনী)

ঈচেল্লনা থিরি ঈপাক
তাইবঙ মীনা থিরি মোংফম।

হৌজিক করিগী অমুক হ্রারুগনি
শিবগী মতম ঙাইহ্রিবা ঐখোয়না।

পাইহ্রি লৈচিনশিংনা কিরিবদি
মরু কোক্লবা চীংদোনশিংনি।

লমদমসিদা লৈগী লৈনমবুদি
ঙসিগী ঈগী মনম্মা হেন্না নুংশিরে।

অনৌবা ঈথক্লা থেঙলরবদা ঙসি
অরিবা তোর্বান নীংখায়রক্লি।

ঙসিদি অনৌবা সভ্যতাসি শাগৎলক্লি
বোম নোংমৈ কাপ-কাপ্তুনা মী হ্যাৎ-হ্যাৎতুনা।

য়েন্নিংথাগী ঊনাদি অচম্বা নত্তে
ওল্লাংথাগী মৈশা কনবীগে লাকপনি।

মুৎশ্রেদো ইবেমপোক্কী ঊচান মৈরাদু
তনীক-তনীক ঙাল্লি খাংপোকশঙগী অমম্বা কাসিদা।

নোংঙাথিবা য়াম্না কুইরে
শক্লি য়াকাইরোল উচেকশিং।

# ঐগী শৈরেংগী সুইতসাইদ নোট

ঐনা শিগদৌরিবসি
লমদমসিদা পোক্লবগীনি।

লানসিনা
করিগুম্বা লোইখিবা তারবদি ঐ হিংলি খঙবীয়ু
ঐ লমদমসিদা শান্তি ওইনা পোত্থাজগে।

লানফম।
শকখঙনদ্রবা কয়াগী থম্মোয়দা
য়েক্লবগী ঈ চেল্লিবা
ঐ কয়ারক হায়জখিদনা
ঈ মচু চপ মান্নে।

ঐনা শিজগে খল্লিবসি
কনা অমতগী মায়োক্তা নত্তে।
ঐ নীংতম্বা হিংনীংই
ঐ নীংতম্বা শিজনীংই
অদুনা ঐ শৈরেংগী খাংগোকশঙসিদা
সুইদ সাইত তৌদুনা শিজগদৌরিবনি ইথত্তা।

হৌজিক কনা অমতা বাহং অমতা
হংবীরক্লনু ঐনা শিবগী মরম
ঐদা নত্তে লিরিবসি
লমদমসিগী মীচম পূম্বনি।

সুইতসাইদ নোট
চাইবীগনু ঐগী মোংফমদা লৈ অমত্তা
শাংচসুনু লৈশিংদু লৈকোন্দুদা।

## থাজ মঙালগী শন্নাং

থাজসি ।

ঐগী হাংদোক্লিবা থোঙনাউদা তুমিন লৈ অতিয়াসি
ঐনা পায়দুনা শান্নে মাগী মেঙলবা মঙালগী শন্নাং
ঐনা হন্না-হন্না পায়রি মাগী চীনবান ময়াগী শন্নু
মোমোন নোকই থাজ।

শজিবু।
নোংলৈ নুংশিং অমংবা নোংগী মরক্তা
মঙক থাঙ্গৎলদুনা য়েংলি থাজদু ফিথোংদ্রবা
ঐগী কল্পনাগী মূর্তি।

হন্নকই অয়ূক্কী লীরি-লীরি মালংবা
থাজগী শন্নাংশিং।

ঐ হৌজিকসু
পায়দুনা শান্নরি থাজ মঙালগী শন্নাং
ঐগী মল্লবা পোমক্রি মনুংদা হকচাংগা-হকচাংগা
চিনবানগা-চিনবানগা।

খোংলকই
নোংঙাল্লমদাই উচেক মচাশিং।

## তুরেল - ২

## (খোঙশাম্লক্লি ব্রাহৈ পরেং অনী)

করিগীনো কুপশিনখ্রিবা মৈখু মপৈসিনা
মায়কৈ পূম্বা শুক-শুনা মমখ্রবা ঐগী অতিয়া।

ঐগী থম্মোয়সু খোম্থাং য়েরি ঈচেল মচানা
অপীকপা উচেকশিংগী নুংশি খোঞ্জেল তারিঙৈ।

লাউজৈ ঐনা মতম খুদিং ইখূৎ অনী থাঙ্গৎতুনা
ঐগী অপীকপা মোংফমসিদা লেপ্তুনা তারিগবা খোঞ্জেলসিবু কনানা ?

মতমসিদনি
নাইতোম তারবা চীংদোনশিংগা য়েংলিবা অতিয়াবু।

হৌজিক্তি ঐগী খোঙথাং অনৌবা হিংসাগী লম্বীদা
করম্না থাঙগনি মতম্গু খোঙনেৎনরদুনা।

মৈরী মুৎত্রিবা মোংফমসি
চাকখ্রবনি মৈরীসিনা কয়ারক হন্না।

হৌজিক্তি মীৎ উইশিন্দুনা চৎপা তাবনি
য়েংনীংদ্রবা থৌদোক কয়াসি ঐ।

পীরুবা অঙাংশিংদুগী মীৎমাঙদদি
তপ্না-তপ্না চিংথখ্রবা ফীরালদু হাই-হুম্না পাইরম্বা।

## অমম্বা মচুনা হাজিল্লবা কেনভাস

১

থব্রাম্মিচাকশিং
কুমথরকপা উই চীংদোনশিং
মখোঙ মচা-মচাদু
খোঙ্গুল পরেং-পরেং।

২

ঈরুপ্পুনা শান্নরিবা
নুং জাউশিংগী মথক্তা
কোয়চেন-চেন্নদুনা খোংই তৌদ্রি বাঁসী
ঈচেল মচা-মচাগী ঈথকশিংদি।

৩

অতিয়া।
নোংখোং ফুইনা পাইরকই
অঙৌবা উরোক শঙ্গু-শঙ্গু।

৪

য়াহেংগী তুরি
ঙসিদি ঐনা য়েক্লি
অঙৌবা খুনু অমা
পাইরি অপীকপা অতিয়াসিদা।

৫

উখিদ্রে ঐ
অঙৌবা খুনু অমম্বা মরক্তা
হৌজিক করি তৌগনি ?
ঙাইবা তারিব্রা মতমদু য়েংদুনা
অমম্বা মচুনা হাজিল্লবা কেনভাসসিদা ?

## পুন্সি অমসুং ঐ

ঐগী পুন্সিদি লৈনি
শাংকাইদ্রিঙৈ কেনখি লৈনাশিং নোংলৈ নুংশিৎতা
করম্বা কুরাক্লা তোংবগে চোইনা কেনখ্রবা লৈনাদা।

ঐগী পুন্সিদি
খোংদে তৌদ্রি বাঁসী অমতা
খোংলবসু খোঞ্জেল খোকখিদে।

ঐনা মতম খুদিং থিজখিবদি
ফজবা কয়ানা থল্লবা
তঙাং-তঙাংনা শাংকাইরকপা লৈনানি
নুংশিবা সুরনা নীল্লিবা চেক্লাগী খোঞ্জেলনি।
তাখিদ্রে ঐ ঙসিদি
শিরবা যোংফমসিদা তুম্লিঙৈ।

লৈ অদু শাংলক্লবদি
য়েল্লরনি থম্মোয় খুদিং লৈনম
লানফম খুদিং
মীশিংগী হিংসাগী থম্মোয়শিংদা।

অহিংদুগী মমৈদা নোংমা
খোংলকখি চেক্লা-চা কয়াদি খোঙ্খাং য়ৈনা
নোংঙাল্লমদাই ফৈরাদা তোংদুনা
ঐ মতমদুদা য়েংজখি
খোঙনাউদু হাংদোক্লুনা ঐগী খাংপোকশঙ।

# ঐ ইশাগী খোঞ্জেল

ঐ ইশাদি হৌজিক
চীংনুংগী তম্পাক মচাসিদা শিগদৌবগী মঙাইরি।
পামজদবনি ঐদি শিবা
হিংজনীংই ঐ ঈরেবাক্কীদমক।

ঐনা খল্লিবা  ৱাখলদি
মতম চুপ্পা
হিংবা পামখি
অৱাবদি অসুক কুইরবা মতমসি ফাওবা
ঐদি হিংবা ফাওবা হৌজদ্রি।

ৱাখল ময়োল-ময়োলনা মীখা পোল্লিঙৈ
ঐ শাউনীংলকপা নুমিৎ
ঐনা কপ্পীংলকপা মতমসিদা
ইমাগী খোঞ্জেলদু তারক্লি।

নোং মঙদনা তারকপা নোংলীকশিংদুনা
ইশা পূম্বা চোংখিদনা
ৱাখল কয়া ঐ।

ঐনা লোছোক্তবা মতমদা
নোংমা খোঞ্জেল অমসু খোরকখি
ঐনা কৌখি হন্না-হন্না
মতমদুদা ইশাগী খোঞ্জেলদু
খোম্লাং য়ৈনা তাজখি ইশামক।

# ঐগী পাত্র

ঐগী পাত্র ।

মীশিংনা হৈথরকই ঈশিং
ঙসিসু ঐগী পাত্রদি থনবা ঙমগ্রি
হৈথরকই অসুম-অসুম পাত্রদি।

করম্না ওইরকপ্রিবনো
ঐবু মরুভূমি
নোংসু তারক্লে ঐগী অতিয়া
নোংলীক অমতা ঙসিফাও।

থৌরাংবনা ঐ
তুরেলগী ঈচেন্দু থকচীনখি
থনবা ঙমদে ঐগী পাত্র।

ঐগী পাত্র।

ঐনা হায়জখি
থনগনি ঐগী পাত্রদি
হাপ্নীরবদি নঙগী নুংশি ঈরীক অমতং
মরুভূমিগী অকংবা উপালদুসু
অনৌবা অশংবা উনা চোংলকনি।

## য়াহেংগী মূর্ত্তি - ২০০৬

### খঙহৌদনা শিরবদি

খঙহৌদনা শিরবদি
ঐ লৈরাং ওইনা শিজগে।
মন্দির মমাঙদা তগৎ-তগৎ তেক্লা
ধুপ থাউমৈ
কাংশি শরিক খোঞ্জেল্লক্তা
ভক্তশিংদু বর অমতা ওইরবসু ফংজহৌনবা।

### ধর্ম্মগী পাত্র

ধর্ম্মগী পাত্রদা য়াওবা
মীনুংশিগী লাইজসি
থকউ নখুৎমক্লা পায়দুনা
ঈংগনি নঙগী থম্মোয়।

### ঈশ্বর খিবা

নঙনা অশেংবা ঈশ্বর উনীংলবদি
খাংপোকশঙশিংদা
য়ানশিল্লু শরিক অমমম।

খীংলুচো।
শরিক্কু নখুৎমক্লা কোয়না চৎতুনা
চোংখোরক্কনি তেক-কায়রবা মূর্ত্তি কয়া-কয়া।
মদুদা উগনি নঙগী নমীৎমক্লা
ঈশ্বর।

## যৌগংলবা অতিথি ঐ

যৌগংলবা অতিথি ঐ
পুবীরকউ ফজবা পূন্না নুংঙাইবনা থল্লবা পাত্রদু
লাইজ ঈরীক থন্না য়াওরিবা।

মীনুংশি থল্লবা মায়খোঙদু
য়েংজগে ইমীৎ পেন্না শক্লকউ ঈশৈ নুংশিবা
হৈথরক্লো নোংলীক থম্মোয়দা।

মায়খোঙদু থাউমৈগী মৈঙান্দা
উজরে ঐগী তাইবঙপান
পুবীরকউ ফজবা পূন্না নুংঙাইবনা থল্লবা পাত্রদু।

## পুরক্লে ইমানা উহৈ

পুরক্লে ইমানা উহৈ
চামীন্নসি ঐখোয় পূন্না
হো ! খুনগী অঙাংশিং চেন-চোংদুনা শান্নরিবা
শকমীন্নরসি নুংশিরবা ঈশৈ খোঞ্জেল অমতদা।

শীল্লবা মরুনা
হৌরক্লে উপাল শীররে উরুম
তোংলরে ফৈরাদা উচেকশিং।

পাইরক্লো হা উচেক
ঐখোয় অতিয়াদা ঐখোয় উমংদা
পুরক্লে ইমানা উহৈ।

## মতমসি

১

লাক্লি মতমসি
অঙাঙবা মচুগী খুজিলশিং তিংখোল্লদুনা।
মসি লৈনা নত্তে
অঙাঙবা গুলাপকী।
উইনে মখোঙদা
তৈরকপা খোঙ্গুল খুদিং ঈ।

২

তুমিন লৈয়ু
নৌরবা মঙালগী অয়ুকসিদা
লেপ্লা লৈতনা লাক্লি।
মতমসি
পুরদুনা কোকথক্তা ঈখেং তৈরবী
ফিথোংদ্রবী নুপী কয়ানা।

৩

ঙসিদি মীশিংসি
মতমগী খোঙচংতা তুংইন্নরকপদা
উরকই ময়েক শেংনা ইমীৎসিনা
মখুৎ তুংবুন্নরদুনা
মায়খুমফিনা কীশীনবীরগা
পুবীগ্রবা লানফা ওইনা।

৪

মতমসি।
কীহ্নরবা মূর্তিগী খোঙ্গুলদা
লাক্লি অনৌবা লাম্মীগুম
পায়খৎতুনা মখূৎতা নোংমৈ।

# নোং নত্তে ইমা

নোং নত্তে ইমা
নোং নত্তে ঈগী নোংলীক্কি তারক্লিবা নথক্তা।

লমদমসি
পৃক্লিংগী লাংতক্লবসু
অসুম-অসুম হেনগৎলক্লি করিনো তৌরিসিবু।

অসুক কুইবসি
মীওং-মীনৈসি খাঙলক্লিবনি
ঐদা নত্তে ইমা
লমদমসিদা লৈরিবা ঐখোয় পৃম্বনি।

নোং নত্তে ইমা
নোং নত্তে ঈগী নোঙলিক্লি তারক্লিবা নথক্তা।

লোইখিদ্রি লানদু
লানগী লম্বী খৃদিং ঈ তৈরি।

শকখঙনদ্রিবা অয়ূকসিদসু
তরং-তরং খোরক্লি নুমিৎসি
ঈগী নোংলীক্লা ইচোৎ-চোৎলদুনা মশাপৃম্বা
নোং নত্তে ইমা
নোং নত্তে ঈগী নোংলীক্লি তারক্লিবা নথক্তা।

চেম্থ্রেদো ঈচেলসি
কয়াদা তমথিগ্রবা মতমনো
ঐগী তোর্বান নীংখায়রদুনা মোংফমশিং।

## সহৰগী ঈশৈ

অকেনবা উনাগী মথক্তা
ইশাগী খোঞ্জেলগা
তুশিন্না লৈমীন্নরিঙৈ উচেকমচাদু
হন্না খোংখি পোত্থাফম খঙদনা।

অমম্বা।
ঙসিসু মীয়োনগ্রবা
কয়ারক হন্না শেগায়বীরম্নগা লৈনাশিং
ঐগী চমজরবী চনুরাশিংগী শিয়োম্মুংদা।

সহৰ।
খোংলি লাক্লা-লাক্লা কাকশিং
মল্লবা কোনুংগী মথক্তা তোংদুনা
লংজা শজু-শজু।

খৌগংলবা অঙাংশিং
শিথ-শিথ কপ্লি
সহৰগী ফুট-পাথতা মমাগী মতম্বাকুম।

মখোয়গী ইতিহাসনি
চাক্লিবা সভ্যতাগী মৈরীসি।

ঙসিদি
তমথীরবা সুর অমগা
ফিথোংদ্রবী নুপীগী খোঞ্জেলশিংগা
তিনশিনগ্রবা অমতা ওইনা
সহৰগী ঈশৈ।

# ঐনা ইতিহাস পারিঙে

মীশিংসি
মৈশাসিনা মশামকপু চাকথেকচরক্লি
মশানা শেমগৎচরিবা মরুভূমিদা।

করিগীনো
ওৎ-নৈথ্রবশিংদু তুম্মিন্না লৈখিবসিবু।

ঐ খণ্ডই
ঝা অমতা ঙাঙজবা ঙমদ্রবা মীশিং
আ ! নুঙ্গাইরক্তা তাদুনা লৈরি।

ঙসিদি মীশিং
মমীৎত্রা মপি কংনদ্রিঙেদা
অনৌবা পি অমা অমুক তান্নরক্লবা।

পূল্লিসি মায়থীরবসু ঐদি
ইতিহাস অসিদগী থাদোকপা ঙমদনা লৈরিবনি।

চৎলি হৌজিকসু লোম্বোক্লবা খুঙ্গং লম্বীদা
নেৎলদুনা উফূলশিং খোঙ্গুল পরেং পরেং।

মীশিংগী খোঙচৎসিদা।
মরুভূমি ওল্লক্লবা সহরদুদা চৎলিঙে
কংশিল্লক্লে
ঐগী ঈগী ঈচেলসু খণ্ডহৌদনা।

ঙসিদি
ঐনা ইতিহাসসি পারিঙে
তোর্বানসিদা সনা খোংনাংগী মনাশিংদু
হাই-হুমখিদ্রে।

## রাহেংগী মূর্ত্তিশিং - ২০০৭

### মহাত্মাগী আনোক

মহাত্মাগী আনোক
উরম্মী মীৎ অনী অচুম্বা ধর্ম্ম অহিংসা।
ঙসিদি ঐনা
হেক উপশিল্লুবদদি
উরকই হিংসা মৈত্রী ঙাক্তা।

### শকখঙবীব্রবা লাম্মী

লানফম কয়াদা
শকখঙবীব্রবা লাম্মীশিংদু
মখোয়গী মোংফমদা লৌমী-শিম্মীশিং
লৈ কনানা চাইগনি
লৈরি ঙসি ফাওবদি তাদুনা
অপীকপা মোংফমশিংদু
নীংথায়রবা তোৰ্ব্বানসিদা
মতমগী মৈরীনা চাক্লদুনা
অশিবা মরাইবকশিংদু।

### চিংগ্লবা লৈইশিংগী মমি

ঙসিদি মীশিংসি
মাগী মাগী লাইবক্তা লৈরম্লে
চিংগ্লবা লৈইশিংগী মমিশিং
মতমসিদা মীশিংগী
শেগায়রবা পৃক্তি মচেং-মচেংনা
ওল্লক্লি অপীকপা বোম মচা-মচা।

## কাপ্পু নোংমৈদু

কাপ্পু নোংমৈদু
হন্না-হন্না কাপ্পু
ঈ মরীক-মরীকশিংদুনা তারিমখৈ
লৈহাও চেনহনগনি লমদমসি।
কাপ্পু নোংমৈদু
হন্না-হন্না কাপ্পু।

## ঈশ্বরগী উহৈ অমা পাল্লি

উপালসিদা
উহৈ অমা পাল্লি।
অতিথিশিংদু কৌরকউ
হা উচেক! পাইরক্লো পাইরক্লো।

উপালসিদা
উহৈ অমা পাল্লি।

নাম্বাশিংদু কপ্পম্বনি
মমাগী অমৃত ফংদদুনা।

খোইথুম্মরবা উহৈদু
পীক্লবা নবাগী তঙাং-তঙাং চীনবান্না চুপ্লীনে।

মমাগী
নাউশুম ঈশৈদা।

## কুলিগী নম্বর কোক্ত্রিবা অঙাঙবা ফুরিং

১

সহর

অমসুং

রেলবে ষ্টেসনশিং।

লৈরি শরূমী মপৈ-মপৈ

পাইরি ক্রাক শঙ্গু-শঙ্গুশিং

খোংলদুনা লাক্লা-লাক্লা।

পোক্লক্লিবা

অমম্বা খোইজিখাদগী

শরূগী নাবাশিংং

তোংলি কোকথক্তা লংঙ্গাশিং

লৃথনা য়েংলকই

গণতন্ত্রগী মমীং।

২

হংবীখিদে কনা

চৎনখি মাগী মাগী লমথুংফম তান্না

শকখঙদ্রবা মপাগী রেলবে ষ্টেসনশিংদা।

ফিথোংদ্রবা মমাশিংদি

অমোংপা শারি

শীন্নথোকখি চরা নাম্মাগা

অমম্বা সহর।

গলি-গলিগী হোটেলশিং

লৃখাক কোমশিং

চাক্তারি অঙাংশিং চরি তৎলবা সহরগী হূইগুম

হাই-হূমদে নীংতম ফীরাল।

৩

মগু।

মগুলাক্লরি মমাশিং

চল্লা নাম্মাগী ব্রাখলদা ইফা-ফারবা শন্নাং

পন্নি অমোংপা মতম্বাক্তদি

মফি কোগোক-কোক্লবা মচাশিং।

অঙাংশিংদি

নিরি মমীৎ মচা অনী

মমাগী লোইনাইদ্রবা পীগী ইরিক

খৌগংলবা চীনবানশিং।

৪

মখোয় খরনদি

চাইবীখি নূংঙ্রেং মকুপ

অমোংপা গুদাওনগী চেগু-হব্রাই

অঙাংশিং মমীৎতা উচেক-ব্রায়াগুম

গণতন্ত্র।

কুলিশিংগী অঙাঙবা মচুগী ফুরিৎতা

থারি মশা মশাগী কুলি নম্বর

ভারতকী অঙাঙবা মচুনা।

৫

ওল্লাংথা।

তুন্নি কুলিশিং সহরসিগী খোঙ্কুল মরক্তা

মশাগী হুমাংনা চোৎলবা ফৈজা ফিনা

কৃপশিঞ্জদুনা মশা মশাদা।

কয়াদা নুংঙাইনা তুন্নিবা

হৌদোকপা হেক তাদবমখে

মশাগী শকখঙবীদ্রবা মোংফমদা

যুংলদুনা মঙগী ফীরাল মচা মচা।

তাদুনা লৈরি ঙসিসু

কুলি নম্বর কোক্লিবা অঙাঙবা ফুরিৎশিং

ভারতঃ উফ্লগী লৈমায়থকসিদা।

# চীঠি পূন্না ফংজরে

হো বসন্তগী মালংবা!
হন্নক্লিবা নামিবা
		চীঠি পূন্না ফংজরে
				ওসি অয়ুক্তি ঐ।
তাজরে ঈচেল মচাগী ঈরাওখোলসু
				ঈশাকতম্না চেঙ্গিরিবা।
নৈরাংগী নৈনাশিংদা
পক্লিবা অয়ুকী নিক্রালে তরং-তরং
ঐগী লোংশিন্দুনা থম্লিবা পুক্লিংগী থাহৈশিংনি।
		নখোয় উত্রা
		ঐগী হৈকোন্দা শান্নিবা উহৈসি
				হৃদয়গী কতুননি।
খোঙ্খেলসু তাররে
শন্দোককপাৎ নৌমী নৌলম
		থাকহৈ হিগী অনীকপা তোর্বানসিদা।
হৈকোন
নৈকোন
ওক উৎলিম
ফজন্না থোক্লিংখাগী অয়ুকনি
		খোয়ুনিবা অতাতবা খোইনিংশিং।
হো বসন্তগী মালংবা!
হন্নক্লিবা নামিবা
		চীঠি পূন্না ফংজরে
				ওসি অয়ুক্তি ঐ।

## কীন্থপ্রবা হিদেন অমগী ব্রারী

কুইরেদা মতমদু
হুন্নকখিদবা মালংবগী ঈপোমসিদা
খুঙ্গা নুপীশিংগী
মুরবা শন্নাংলক্তগী চেঙহী মনমদু।

অদুঙেদদি
যুমথোঙ খুদিং শন্নাংলক্তগী মতমপুম্বা
চাইথোরকপা চেঙহী মনম্মা
ঐগী থায়নগী খুঙ্গংশিংদু
শক্লম্বনি খুৎলং ঈশৈ।

ঙসিদি
থায়নগী চেঙহী মনম্মা
ইনাক্তা তুমিন্না চঙলক্লুনা লীররি
কীন্থপ্রবা হিদেন অমগী ব্রারী
মমি শান্নবা পুন্সি কয়াগী থৌদোক কয়া।

মতমসিদা ঐগী পূক্নিংসি
থূপ্নবা মহম্মুংদগী পাইথোরক্লুনা
ঐগী ব্রাহৈগী কুরাকশিং
ইঙাও ঙাওনা পাইদুনা শান্নরি।

অসুম্মা নীংখায়রকখিবনি
হিদেন কয়া
মতমগী ঈথক-ঈপোম্মা ঈচেন্দুগী ঈরেদা
উররোইদো মহৌশাগী
নীংথিরবা শক্তমদু।

## মঙ অমগী অশিবা কুরাকশিং

অতৈ শৈরেংশিং

### মঙ অমগী অশিবা কুরাকশিং

ইথূৎ অনী তুংবুন্নত্রে
ইমীৎ অনী কিশিনবীগ্রে অমুবা ফি অমা
ইশাদা শেংচীনবীগ্রে কেমেক্রাঙ্গকী ফিজোল
হৌজিক্তি ঐ ওইরে
লানহৌবা অমা।

অদুদগী কাপশিনবীররে
নোংমৈ মশীং খঙদনা
ঐ মীকপ খংথোক-থোরকই
পাইরকই মঙ অমগী অশিবা কুরাকশিং।

### লান অসি লোইস্ত্রসনু

লান অসি লোইস্ত্রসনু
ঐগী শকখঙনরবা মরূপশা
হৌজিক্তি পোথাবীরো
ঐগী উপালশিংগী উরুমসিদা
উহে অসিসু চবীরো।

### ইরিবনি ঐদি শৈরেং

নঙগী তেঙ্গেনা
পাল্লবা উচেক মচাশিংগী ঈখেংশিংনা
ইরিবনি ঐদি শৈরেং মতম খুদিং
তেক-তারবা অপীকপা উমং মচাসিদা
তুমীন ফমদুনা।

## খোংলি অপীকপা উচেক মচাশিং ঃ য়েন্নীংথা

য়েন্নিংথা।
ঐগী অপীকপা খোঙনাউদা উরি
খোংলি অপীকপা উচেক মচাশিং
তোংলদুনা অশংবা উনাগী উশাশিংদা

ঐনা কৌরি
খূৎ হূৎ-হূৎতুনা শকউ হায়খি ঈশৈ
নঙগী নুংশিরবা খোঞ্জেলদা
মঙালগী সুরদু
খোম্থাং য়ৈনা নিলহল্লু অতিয়া।

ঐনা হায়খিঃ হো অতিয়া
নঙ নীংখায়বা য়ারোই
ংবান্নরবা অতিয়া
পাইরি অপীকপা
ঐগী উচেক মচাশিং।

ঐনা লৈরিবসিদি
তুমিন্না ফম্বা নতে
চাকখৎলক্লিবা লম্মৈসি মুথৎলিবনি
পীক্লবা ৱাহৈগী নোংলীকশিংনা।

য়েন্নিংথা।
চোংখৎলক্লে হৌজিক্তি
অনৌবা উনাশিং
নাবাশিংগী তরু-তরুবা মীৎয়্না অনীদা।





বঘু লৈশাংথেম খৃ. কু. ১৯৫৯ দা থৌবাল লৈশাংথেমদা পোকই।
হৌজিক থাংমৈবন্দ মাইস্নাম লৈকায কলেজগেৎতা যুম হোংলক্তুনা লৈবি।
মহাক মণিপুব সবকাবগী এক্সাইজদিপার্টমেন্ততা ইন্সপেক্টব ওইনা থবক তৌবক্লি।
মহাক্কী ফোঙথ্রবা লাইবিকশিংদি -
(১) **'পুন্সি তেলঙ্গা'** ( শৈবেং, ১৯৯১);
(২) **'লানবু লৈ ওইনা শান্নরিবা'** (শৈবেং, ১৯৯৫);
(৩) **'নূং অসি লাইনি লৈ অসি ঈনি'** (শৈবেং, ১৯৯৯);
(৪) **'হনুবীগী ঈশিং পুন'** (শৈবেং, ২০০২);
(৫) **'অতিথি উচেক'** (অঙাংগী ৱারীমচা, ২০০৩);
(৬) **'খুঙ্গংগী চিঠি'** (শৈরেং, ২০০৫);
(৭) **'তেঞ্জে অমসুং ঙা মমীং'** (অঙাংগী ৱাবীমচা, ২০০৫)
অসিনচিংবনি।
**শ্রীরঘু লৈশাংথেম মহাক্কী লাইরিক**
**'হনুবীগী ঈশিং পুন' দা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফালনা *'তেলেম অবিব নীংশিং মনা (২০০৫)'* অমসুং**
**মাগী লাইরিক খুঙ্গংগী চিঠিদা ৱার্টস এসোসিয়েসন ককচিংনা নাউরেম কল্লাই সাহিত্য মনা - ২০০৭ ফংখ্রে।**

**এমঃ এসঃ পব্লিকেসন, ইম্ফাল**